# A DICTIONARY
# of
# ANGLO-MANIPURI LITERARY TERMS
## Part - II



*Compiled & Edited by :*
***Mutum Umesh***

# A Dictionary
## of
# Anglo-Manipuri Literary Terms
## Part - II

"Literature, the drawing book
Of mental pictures like demilune,
In the creative view
I do know it as,
I do like it."

*Compiled & Edited by :*

MUTUM UMESH

*Publisher* : W. Nipamacha Singh
*( Hon'ble Chief Minister, Manipur )*



*Cover designed* : M. Umesh and Dhani
Computer

*Edition* — 1999 December ( released ).

*Copies* : 2000



Printed at : N. Romi & Brother Printing Press
Nagamapal RIMS Road Corner Imphal


P. ACHOU SINGH
Director of Art & Culture,
Govt. of Manipur

Gram: ART & CULTURE
Phone Off: 220306
Res.: 223080
440189
Palace Road, Imphal-795 001

# পাওজেল

অহানবমক্তদা লাইরিক অসিবু খোমজিন্দুনা ইবিরিবা শ্রীমুতুম্ উমেশপু থাগৎচরি। ঙসিগী হিরম খুদিংদা হিদান্নবা, লমজেন তান্নবা মতম অসিদা অইবনা য়াম্না ৱানা হোৎনজদুনা মণিপুরী সাহিত্যসু মীমান্নবা ঙম্নাবগীদমক সাহিত্যকারশিংদা তমলীবা "A Dictionary of Anglo-Manipuri Literary Terms" Part-II অসি হৌগৎলকলিবা নহারোল, ছাত্র-ছাত্রী, schoolars, মরুওইনা মণিপুরগী সাহিত্যকারশিংগী য়াম্না ফবা reference book অমা ওইনা থম্বা য়াম্না কান্নগনি খল্লি। লাইরিক অসিগী alphabetical arrangement অসি খরগা হেন্না কুপ্না য়েংশিনবিরবদি য়াম্না হেন্না ফজগনি। মথংগী চেফোংদা হেন্না চাওবা volume অমা অমুক পুথোকপিররুবদি মীয়ামগী ওইনা য়াম্না কানগনি।

পিঃ অচৌ সিংহ

## COMMENT

I have gone through the book entitled, "**A Dictionary of Anglo- Manipuri Literary Terms Part-I & II**" ***compiled and edited by Mr. Mutum Umesh(Chaoba) Singh. Teachers, Scholars and Students of Literature (English and Manipuri)*** will find it really helpful. Study of literature can never be completed. However, the efforts of the writer in the area of criticism are really praiseworthy. The books are the pioneering works among other such books in Manipur. I sincerely hop that young scholars and students of literature will read its intrinsic values and qualities.

Lastly, I wish the writer all success in his Literary Writings in the years to come.

With best wishes.

**DR. M. MANGI SINGH**
Sr. Lecturer in English
C.I. COLLEGE, BISHNUPUR.

# ৱাহৈ খরদং

লাইরিক অসি ইজবা মতমদা স্কুল, কলেজ অৱাংবা থাকী মহৈরোইশিং অমস্মুং সাহিত্যাগা মরি লৈনবা অমদি আটপু পামজবশিংদা হেন্না মতেং ওইনবা চন্না অমদি লায়না ইজবনি। মমাংঙৈগুম, বঙ্গালি, সংস্কৃত, হিন্দী লেন্দা কন্না শাফু পিরম্বশিং হৌজিক মতমগী হৌরকইবা নহারোলশিংগা, তুংদা লাকদবা নহারোলশিংগীদমক খজিক খুদোংচাবা য়েংজহুনা সংস্কৃত, বঙ্গালি অমস্মুং হিন্দী লোনগী ৱাহন্থোকতা হেন্না শিজিন্নজবদি নচত্রে। মরমদি হৌজিক হৌজিক মমাংঙৈগুম স্কুল কলেজদা সংস্কৃত, বঙ্গালিনচিংবা বিযোয়শিং তমদবনা অর্থা মপুং ফানা লামবা ফংদবনা, খঙবদা অমস্মুং পাবগী মহাও ৱাংলি। মরম অহুনা ইমারোলগী অচম্বা লোনদা ইনবা লাক্লজবনি। অমরোমদা মী-রোলশিং বাঙ্গালি, সংস্কৃত অমস্মুং হিন্দি লোনশিং য়ানশিন্নহুনা ইবা মীতৈগী অখঙ-অহৈ কয়াগী মমল য়ামলবা লাইরিক কয়া লৈখ্রে। অহুবু পৃথিবীগী ওইনা চংনরিবা ইংরাজী লোন্দগী মনিপুরগী লোন্দা চন্না হন্দোকচহুনা ইবা সাহিত্যগী লমদা তোয়না শিজিন্নবা ৱাহৈ ৱাতাশিং অমস্মুং মতুপশিংনাচিংবা কয়া এনা থেংনজবা অমদি খঙজবা খরদং খোমজিনজহুনা লাইরিক মচা অমা ওইনা পুথোক-চরি। মসিমক্তা পাবিরিবা ইবুঙো ইবেম্মাশিংগী মফমদা কান্নবা

খজিক্কুং, ফংবিরবদি হোৎনজমনগী মহৈ য়াম্লে হায়না লৌজগনি। অশোয় অঙাম কয়া য়াওরবস্মু মথংগী খুৎনমদা শেমদোকচনবা তাকপিরক্লবদি অদোমগী লমন তোল্লে হায়না লৌজগনি।

হন্দক্কী ( লাইরিক মনমগী ) লাইরিক তরুক অসি নম্বগী মতাংদা ঐগী খ্বায়দগী লাইবক ফবা অমা হায়জবা তারবদি অহানবদা পাম্নল লৌশিংগী মতেং অমস্নুং অফবা Suggestion কয়া পিবিরকপিবা নুংশিজরবা ওঝা শ্রীএ, ভুসন শর্ম্মা' আর, কে, মধুবির অমস্নুং শেন্নগী মায়কৈদা মশাগী অচিনবা কয়া লৈনা লৈনা লাইবিক অসি নম্নবগীদমক চাউনা চাউনা মতেং পিবিরকপা সরকার অসিগী Hon'ble Minister শিংবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। শরুায়রবশিংগী মিং ওইনা পঞ্জরবদা—

1. Shri W. Nipamacha Singh, *Hon'ble C. M. Publisher*
2. Shri Dr. Y. Jiten Singh, *Hon'ble Minister (Industry)*
3. Shri H. Bidur Singh, *Hon'ble Minister, PHED*
4. Shri E Kunjeswor Singh, *Hon'ble Minister (Revenue)*
5. Shri M. Hemanta Singh, *Hon'ble Minister (Sport)*
6 Shri M. Babu Singh, *Hon'ble Minister, CADA*
7. Shri Gobindas Konthoujam, *Hon'ble Minister, Power*নি।

মথক্কী পুমনমক্কী মতেংদগী মতম কুইনা নমথোকপদা অপনবা ওইজরগদবা লাইবিকশিং অসি পুথোকচন্নুনা মমল য়াম্লবা অপাবশিংগী খুত্তি য়ৌবা ঙমজরগনি খঞ্জবদা থোয়দোক্না নুংঙায়জবা পোকচবগা লোয়ন্না পুমনমকপু পুন্সিগী কাওজরোয়।

অইবা

# A NOTE

It gives me a great pleasure to send this message to all the young learners of literary that that Shri Mutum Umesh Singh is bringing out a book entittled "A Dictionary of Anglo Manipuri Literary Terms Part–II". This book has been mainly designed to provide full scope for developing the skills of literary terms and ideas. The important function of 'Glossary' is so encourage the students to investigate a topic further, keeping this view in mind, Mr. Singh has endeavoured to collect a large number of literary terms and rendered them into Manipuri by dint of his great and unceasing efforts, he has come to lay out a constructive and useful intimation to all lovers of literature in general and to the students in particular. Ever pray for his future prospects.

This book, I am sure will serve its purpose of strengthening students command over literary terms and meanings.

With best wishes

A. Bhuson Sharma
*Head of the deptt. of English*
*C. I. College, Bishnupur.*

# সাহিত্য অমসুং সমাজ

সাহিত্যগা সমাজগা মরি য়াম্না নক্লে। সাহিত্য অসি সমাজদগী থোকই। মীওইবা সমাজ লৈরমদ্রবদি সাহিত্যসু লৈরমলোয় অমসুং চাউখৎলমলোয়। অতুগা মায়কৈ অমরোমদা অমুক সাহিত্যনা মাওইবা সমাজবু চাউখৎপগী মায়কৈদা পুখৎপদা সাহিত্যকারশিংনা চাউনা শরুক য়াই।

সাহিত্যগী রাফম হেক নৈনরকপদা অহানবদা লোক সাহিত্য ( pre history Folk Lore) হায়না নৈনদবা য়ারক্লে। সাহিত্য হায়বসি রারেং অমসুং শৈরেংদা শাদোংতুনা ( নপতুনা ) হিংবা পোৎশক অমনি। সাহিত্যগী মশা-মরেং অসি য়াম্না পাক-চাউই। বিষোয় পুম্বদা পাক শন্না শন্দোকই। সাহিত্যনা মীওইবগী থম্মোয়দা থোং-নৌহনবা অমসুং পাবদা নত্রগা তাবদা নুংঙাইহন্না লোয়ননা পেলহনবা পোকহল্লি। সাহিত্য'সি মীওইবগী রাঙাং অমসুং অইবা রাহৈশিংদা ফোংদোকপদা নত্তনা প্রকৃতিগী ওইবা পোৎশিং উচেক-রায়া, হৈ-লৈশিংনচিংবা কয়াদসু মরি লৈনৈ। মসিদা রস মাপনশুনা য়াউই। রসশিং অসি সাহিত্যগী থরায়নি। রসশিং অসি ফোংদোকপদা রাহৈশিংদা অলঙ্কার চঙই।

মীওইবগী রাঙাং অমসুং উচেক-রায়া, শা-ঙাশিং শন্না হায়রবদা থরায় পাম্বা পান্দবা পুম্নমকী খোঞ্জেল, প্রকৃতি পুম্নমক

সাহিত্যনি। থায়না চৎনরম্বা মপুং ওইবা ( কেন্দ্রা ) সাহিত্যদি ধর্ম্মা অমস্যুং নিংথৌগী অরাংবা লমচৎশিং অমস্যুং রাজাংশিং মরু য়াম্না ওই।

সাহিত্য হায়বসি অইবা সাহিত্য অমস্যুং অইবা নত্তবা স'হিত্য মথক অনি থায়বা য়াই। অইবা নত্তবা সাহিত্য লোক সাহিত্য ( Folk lore Society ) হায়না খঙৈ। অরিবা ইংলিসকী সাহিত্যদা যাম্না অঙনবা মতমদা চাউরাক্না মঙা অমস্যুং তরুকশুবা শদাব্দী অতুরায় ময়াম্না Teutonic tribes হায়না খঙনবা মতম অতুদা মমিং চৎলবা কবিশিং The Angles, The Saxons অমস্যুং অমস্যুং The Jutes নচিংবা Denmark অমস্যুং Brititannia গী মলুং চন্না লৈরম্বা Roma লৈবাক্কী খা থংবা শরুকশিংদা লান ভম্বগী অমদি প্রকৃতিবু থরায় পানবা মীওয়্না লৌচুনা শৈথাবা ঈশৈ ময়েক্কী মওংদা হরম্বা রারেং শৈরেং কয়া mythical stories কয়াদা থেংনদবা নত্তে। মতুঙম্বা তঙল্পা মতমগী কবিশিংবু Gleenmen ( poet ) হায়না খঙনরম্মী। মসিবু unhistoric নত্রগা prehistoric ( folk epic, folk lore ) হায়বদি লোক সাহিত্য ( অইবা নত্তবা চিন্তাং হৈনা চৎনরকপা ) হায়না খঙৈ। মখোয়শিং অসি ধম্মাগা য়াম্না নকন্নবা লাকই।

মতমতুগী heathen Poetry অয়াম্বদি ইশিন্দুনা থমহৌদবনা মাঙখিবম্মী মতুগী মলুংদা অথেংবদা খৃষ্টানগী editor খরনা ইশিল্লহৌবা manuscript খরদি চেকশিন্না থমহৌই। মখোয়শিং

অতুদি — ১) The Beowulf MS ; ২) The Junius MS which contains the so called Caedmonian poems, ৩) The Exeter Book, Containing two of the Signed Poems of Cyneoulf অমসুং ৪) The Vercelli Book অসিনচিংবনি।

Anglo-Saxon গী Poetry অসি মখাগী মখল মরি অসুম্না থায়বা থেঙনৈ। ১) Personal and Elegiac Poems, ২) War Songs, ৩) The Riddles ( about natural objects Worshipped ) অমসুং ৪) The Epic Poems নি। মতমদুগী Epic শিং অদু অচুম্বা epic অমগী Character শিং অদু লৈজদ্রবসু হৌজিক হৌজিক ফাওবদি epic অমগী থাক্তা চল্লি। অদুগা epic শিং অসিগী Concrete phrases কয়া abstract expression শিংগী মহুৎ-শিন্দুনা মাওরি হায়বা য়াই। মতমগুগী epic কী Hero অসি লান ভম্বা অচুনা শকনারম্মী। অদুগা ময়াই ওইবা French কী epic তদি ময়াম পুম্নমকী ওইবা রাখল লোন্দা হেন্না থাজনা থবক তৌবচুনা hero ওইনা চংংরকখি। লানগী রাখল্লোনদু লাপ-থোরকই।

চাউরাক্কা শকঃ ১২৫০ অচুরায়দা মীচং-মীথাম নায়দবা (Secular) lyric তা পুক্লিং লুপশিনখিরম্মী। অদুগী মমাংশিংদি religious lyrics ( ধর্ম্মাগী শৈরেংশিং ) মক্তা ওইরম্মী। মসি

মখোয়গী tone অমসুং Subject matter শিং নৈনবদগী খঙবা ঙম্মী। মতুগী মতুংদগীদি middle english Secular lyrics শিংদা অচৌবা অহোংবা অমা পুরকখি। Englishকী Secular lyric খরা পনবা তারবদি The cuckoo Song spring time, Luve Ron অমসুং Alysoun নচিংবা পনবা য়াই। মখক্কী শৈরেংশিং অসিদা মহৌশাদগী থোয়দোক হেন্দোকপা তগৎ তগৎপা, তশেং তশেংবা abstract কী ঙইবা মঙগুম্বা মওংদা describe তৌবা literary significanceকী শৈরেংশিং লাকখি। লোয়ননা শৈরেংগী ছন্দা (Rhyme) নায়বা মওংনা মীওইবগী থম্মোয়দা শুমঙ্কাংপগী ঈথিল পীবা হৌরকখি।

The Middle English Lyricsশিংগী মতমদা religious অমসুং Secular Subjects শিংদা য়ান্নবা মওংদা ইখসু চৎনরম্মী। খ্বকঃ ১২৫৩ দা Mr Harley কৌবা অমনা তোঙান তোঙানবা লোনগী — English, French, Latin অমসুং Macaronic নচিংবদা ইরম্বা তরাঙমদোয় শুবা শদাব্দীদগীনা মাগী মতম ফাওবদা ইরম্বা অইবা মশক মমিং থাদবা লাইবিক কয়া খোমগত্তুনা চেকশিন্না থমলম্মী। মতম অতুদগী হৌনা লোন অমগা অমগা পুন্নাবগী ( borrowing ) চৎনবী থে'নরকখি। খ্বকঃ ১৪০০ অতুরাযদদি England দদি য়াম্না চয়েৎনবা মতম অমনি। অরি অনৌ শিন্নবগী The Medieval Age and Renaissance অনি অসি নাকল নাকল তোঙান তোঙান তানরম্মী। অনীগী খেৎনবদি অসি ওইরম্মী মতুদি The

Medieval mindনা belief in spiritualily and abstract ideas নি। অদুগা Communismদা Support তৌবনি। Renaissanceনা lay emphasis on the sensuons and the concrete নি। মসিগী attitude লোয়দা নৈনরুবর The Medieval mindনা Society রোয়দা শাফু দি অদুগা free thought Speculation অমসুং reasonশিংবু tolerate তৌগে। অমরোমদনা "The right of private judgement is nothing but a Corollary of the indivisualism of the Renaissance" ( R. K. Ropt )। অসিগুম্বা মতম অসিবু ঐখোয়না "to light the torch of Reformation" হায়না খঙৈ। মতম অসিদা politically, socially, religiously অমসুং Literary activity য়াম্না চাউখৎপা মতমনি। England অমসুং French তা national consciousness অমসুং Patriotism অসি মরক্তা য়াখলগী মপাঙ্গল য়াম্না কনখৎলকখি। অসুম্না নিংথৌরোল খুদিংগী সাহিত্যদসু অহোংবা কয়া লাকখি।

ভশেংবমক ১৪ শুবা শদাব্দী নত্রগা The Age of Chancer অসি English literatureগী চাউখৎলকপগী চাউরবা মফম অমা কন্দুনা লাকখি। মরম অদুনা Chancerবু the father of English Poetry হায়না খঙনখি। মতমদুদা Realism, Prose, narrative poet, humour, allegory নচিংবা সাহিত্যগী মরূ হুনবা হৌরকখি।

Chancerগী মতমদগীনা Spenserগী মতম অসিদা social, political, economic অমসুং literary condition অসুম অসুম কপংলকখি। English Drama before the University arts, Folk or Ballad literature মরমদা ভরামণ্ডা-শুবা শদাব্দী অসিবু Seed Time of literature হায়নসু খঙনৈ।

The Age of Shakespeare or The Age of Elizabeth :— মতম অসিদা Drama দা অচৌবা contribution ( influence ) অমা পীখি। মতুংদি Elizabethan Tragedy অমসুং Shakespear's life as a dramatic artist, Shakespeare গী Conception on Comedy, Tragedy অমসুং Dramatic Romances; Bend Jonsonগী life and works as a dramatist, Ben Jonsonগী Theory of Comedy and his Contribution to Elizabethan comedy; The distinction between the comedy of humours, the comedy of manners, অমসুং the romantic Comedy of Shakespeare; Webster as a dramatist পুম্নমক অসি খোয়দোক্না মরুওইবা মকানি।

English Prose ( ৱারোং ) না চাউখংলকপা অসিসু ভরা ভরুকশুবা শদাব্দী অহুরাইদগীনি। মখিং পনবা য়াবদি Essyist Bacon গী Prose style শিংথানরি। মসিদা নত্তনা চিথহৌবা

reformer কয়া লৈহৌদবা নত্তে। Spenser গী Rictorial Imagery; Donne গী Evolution of English poetry চিথহৌবা য়াত্রবা খুদোলনি।

The Age of Milton :— মহাকী মতমদা English Prose অমস্নং Poetry অনিগী মরক্তা চাউনা খেৎনবা অমা লাকখি। মহুৰু The Age of Milton হায়না খঙনৈ। শদাব্দী ১৬২৫–১৬০০ ফাওবগী মতমদা Metaphysical Poetry অমস্নং Growth of English Drama কয়া অমা Milton literary work কীদমক অচৌবা তাঙক অমনি হায়না শিংথানরি।

The Age of Dryden :— মথকী মতৌগুম্না The Age of Dryden অসিস্থ Development of Poetry, Prose অমস্নং drama গী লমদা চাউখৎপৰু The Restoration of Age হায়না খঙনখি। মহুদস্থ নত্তনা Blank Verse Tragedy, Satire কয়ানচিংবগীদমক English Literature দা মফম অমা চাউনা কন্দুনা লাকখি।

—o—

# A Dictionary of Anglo-Manipuri Literary Terms Part - II

## ( A )

Abstract — ৱারেং ( article, prose, history, novel ) শৈরেং ( poem ) অমস্তুং ৱাঙাং ( বক্তৃতা, speech ) নচিংবগী নৈননিঙাই ওইবা অসম্বা ৱা মরু ( central idea ) শি। মসি ৱাখল্লী ওইবা পোংশক ওইনদি লৈতবা গুন অমনি। খুদম :— লৈ অসি মনম হুংশি, লৈ অসি concrete নি। "মনম হুংশিবা" হায়বসি abstract নি।

Academies — বিজ্ঞানীক ওইবা মওংদা কলাকারশিং culture শিং, সাহিত্যকারশিং নত্রগা বিগ্যানীকশিংগী চাউখৎ থোরাংনী সংস্থাননি। অসিগুম্বা য়াম্বরবা ৱাহৈ অসি "the olive grove of Academe" দগী লোথোরকপনি। মঙম অহুদি Plato না Athens কী মহুংদা তম্বীবহুনি।

# ( A )

Acrostic (অ্যাক্রোষ্টীক) — হিক্রুগী মথং মনাও লাক্পা ময়েক্না পরেং অমমম হোৌবা রাইহৈগী মফম নত্রগা শৈরেং মখল অমা।

থুদম — NAVY NEWS
AREA NORTH
VEAL EAST
YALE SOUTH

Acrobat — থোৌরীদা চত্তুনা জগোয় শাবা মী।

Afficture Fallacy — রারেং নত্রগা শৈরেংগী অশোয়বা অহু অপাবশিংগী পুক্নিংদা মতোমতা পাবদা উৎচরকপা।

Alliteration — শৈরেংগী রাইহে নাচোম মথং মনাড্রি চৎপদা consonant শিংনা হোৌবা রাইহৈগী খোন্থোকশিং মাম্না মান্নবা চৎপা ছন্দ।

Analogy (অ্যানালোজি) — মরূদফি খেৎনবা পোৎ অনি শকওংদা নত্রগা শাজৎতা মান্নবা থরদা প্রমান তৌদুনা চাংদমনবা বিদ্যা।



Anaphora - শৈরেং নত্রগা য়ারেংগী তুং তারকপদা য়াহৈ (অ্যানাফোরা) হঞ্জনবা।

Anisometric - পরেং শাংবা মায়দবা কয়ানা, পুনবা শৈরেং।

Annotation - লাইরিক ইবনচিংবা শন্দোক্লা তাকুনা ইবা য়ারোল ( a textual comment )।

Anthology- থমগৎলবা মকওইবা য়ারেংশিং নত্রগা শৈরেংশিং লোয়ননা অইবশিং।

Anti-Climax - বোয়া হৌরগা পোকলাউবীনা লোয়বগী মওং; নাটক, লীলা নত্রগা ভাবনা শাবা নোভেলনচিংবগী Plote কী মতুংইন্না খ্বায়দগী য়াংবা মুভাইবা থোদোকশিং থগৈল লৈথোরকপা।
( the turning point of the action )
করিগুম্বদসু bathos গুম লোকলমবদগী শকফম থগহন হনজনবা।

Aphacresies - য়াহৈগী অহানবা মাত্রা. থোম্মোক নত্রগা ময়েক (অ্যাফরেসিস) লোথোকপা।

# ( A )

Aphesis — রাহৈগী অহৌবা ময়েক নত্ৰগা উচ্চারন অদুগী (অ্যাফিসিস) মথক্তা অনৌবা ময়েক নত্ৰগা উচ্চারন অমা হাপ-চিনবা : খুদম : down অসি adown হায়না শিজিন্নবা :

Apocopeted Rhyme – রাহৈ অমগী খোঙ্হোক নত্ৰগা উচ্চারন হায়দোরকপদা লোয়দনা ময়েক নত্ৰগা মাত্ৰা থবা হায়দনা লেপখিবা। খুদম Morning হায়বা রাহৈশি Morn. হায়রগা লেপখোকপা।

Apocope — রাহৈ অমা হায়দোরকপদা রাহৈ অমগী মমৈদা (অ্যাপোকোপি) ময়েক থরা নত্ৰগা পন্দনা লেপথোকপা। খুদম curio হাইবসি curiosity গী মহুত্তা হায়বা।

Aposiopesis - রা ঙাংলমখদগী খঙলেপ লেপথোকখিবা। (অ্যাপোসিওপেসিস)

Argot — চাউখত্তবা হৱান চৌথিনচিংবশিংগী লোল। (আগোট)

## ( A )

Anandrous — লৈরিক য়াওদবা ( লৈ )।
(অ্যান্যানড্রোস)

Article — বিষোয় অমগী অইবা লাইরিক নত্রগা সংবিধানগী মতাং অমা।

Artificial Comedy — মীওইবগী ভাবনা শাবা শমাজদা নোকননিঙাইগী ওইবা কাগী থায়নদগী শিজিন্ন-রমবা। খুদম :— কবি Congreve গী "The way of the World".

Atmosphere — লাইরিক ইবা অমসুং লাইয়েকপা অমসুং
(অ্যাটমোস্ফিয়্যার) কলাকারশিংগী পুক্নিংগী ওইবা সমাজগী ইরাং অমদি কলাগী ওইবা পোৎশক নায়দবা মতৌ।

Atonic — খোন-য়াংদনা য়াঙাংবগী মওং।
(অ্যাটোনিক)

Atticism — ঙাংখোয়কপা নত্রগা ইথোরকপদা য়াহৈ-য়াতা
(অ্যাটিশিজম) লুবা ( কজবা )।

Axiom — মশানা মতম পুম্বদা চুমহুনা লৈজরবা য়া।
(অ্যাকিসয়ম)

## ( B )

Back-ground — সাহিত্যগী লোনদা back-ground সি (ব্যাগ-গ্রাউণ্ড) অয়েকপা লাইদা উরিবা অয়াপ্পা শরুকশিংগী লম, নাটক নত্রগা উপন্যাসকী মনুংদা য়াওবা কৈরোয লৈকাইগী ফিভম, লীলা নত্রগা য়ার-নচিংবগী করিগুম্বা থৌদোক অমা থোক্লীং-ঙাইগী ময়মশিং শুগায়না তাকপা য়াবোল কয়া নত্রগা ঈশৈ মনুংদগী খোন পাংবা মফম ।

Black-comedy – সংসার অসি কবিশু নত্তে ( normal and ethical value of meaningless ) হায়বগী মওংদা ফাগী-জুগায় তৌবা নাটক নত্রগা লীলামচিংবা । খুদম ; কবি Pinterগী Home coming ( 1965 ) অমসুং Ortonগী Entertraining Mr. Sloane ( 1965 ) ।

Black Humor – Black humor অসি black comedy গী শরুক অমনি । মসি normal and ethics কী ওয়া তৈনবদা ফাগী তৌইনা

# ( B )

করিগুম্বা পুক্কিংগী পান্দম ( য়োইহন্নীংবা ) অমা তৌগনি থনবা।

Brief (ব্রিফ) — মরু ওইবা, অতেনবা মরিক চুম্বা ৱারোল।

Burden, Burthen ( বর্ডন ) — ঈশৈগী নত্রগা ৱারেংগী নত্রগা ৱাভাংগী মরুওইবা ৱা মচং।

Burns Stanza - কবি Scottish না শিজিন্নরম্বা ৱাহৈ পরেং তরুক্কা শাবা Stanza.

Baroque Verse — ১৬ শুবা শদাব্দীদগী ১৮ শুবা শদাব্দী ফাওবদা কয়া Europe কী চৎনরম্বা শৈরেং মথল অমনি। শৈরেং মথল অসি movement, energy অমসুং realistic treatment দা অকনবা শাফু পি।

Bathos (বেথোস) — খভরাং ৱাংখৎলুরগা খংকুম কুমথবা ৱাথল নত্রগা ৱাভাং।

# ( C )

Catchy — ঈশৈগী নত্রগা রাঙাংগী খোঙ্গেলগী স্বর লায়না
(ক্যাচি) ফাবা।

Caricature — নোকনিঙাইগীদমক মী অমগী নত্রগা পোৎ
(ক্যারিকেটিডর) অমবু হেনজিন্না শেমজিন শাজন্দুনা য়েকশিন্না
নত্রগা ইশনবা রান্না।

Catalogue — মমিং, মকম, পোৎনচিংবগী অইবা অমদি
অয়েকপা লাইরিক মচা।

Catastasis — রা ঙাংলিডৈ মমুংদা রারী মতেক অমা লীবা
(ক্যাট্যাষ্ট্যাসিস) মতাং।

Catechise — রাহৎ-পাউথুম ময়াম তৌদুনা মমুং হনজিন্না
(ক্যাটেকাইজ) তম্বীবা মতমবী।

Catch-phrase — ময়াম্না পাম্নবা কজবা রাহৈ রাঙা।

Canticle — ঈশৈ অতেনবা ; লাইশোন ঈশৈ মচা।
(ক্যান্টিকল)

Canto — অশাংবা শৈরেংগী অচৌবা তাক্কক অমা।
(কাণ্টো)

Caption — মেগাজিন্দা য়াওবা আর্টিকলগী মিং নত্রগা
(ক্যেপশন) সিনেমাগী স্ক্রীন্দা ইবা, রারীতুগী মচং ভেন্না
উৎপা রাহৈশিং।

## (C)

Cacemphetom – সুর কায়বা, ভাবদা হুডারভবা খোম। অয়াকপা সুর।

Calligraphy — ফজবা খুৎই।
(ক্যালিগ্রাফি)

Compendium — অশম্বা ৱারোল ( a short treatment
(ক্যাম্পেণ্ডিয়ম) or Summary ).

Compare — পুং ঈশৈ লীলানচিংবগী কুমলিবশিংবু শক
(কোম্প্যার) তাকপা অমদি অশিন-অরাং ওইবা।

Cathexis — কনাগুম্বা মী অমদা নত্রগা পোৎ নত্রগা হীরম
(ক্যাথিক্সিস) অমদা পুক্নিং ( ৱাখল ) চপ য়ুংনা লুপশিনবা, খনজনবা।

Cathrasis — অনাবদা হীদাক থাদুনা অমাংবা লৌথোক-
(কঠাসিস) পগুম ঈশৈ, লীলানচিংবগী মতেংনা মীওইবগী অপুনরীবা অশোয়বা পুকচেলগী মশক খঙহন্দুনা কোকহনবা।

Cento — তোঙান তোঙানবা লাইরিকশিংদগী খরা খরা
(সেন্টো) খোমজিনগা লেংথোকপা ৱারেং–শৈরেং।

# (C)

Chap-book — ঈশৈনচিংবা ইবা লাইরিক মচা।

*Conceit* (কনসীট) — অঙকপা ভাবনা শাগৎপা অমম্বুং পুক্নিংগী মিত্তা উবা মমিনি (imagery), Italian গী কবিশিংনা ইরম্বা Sonnet novel অমম্বুং poem শিংগী মতুংইন্না conceint মখল অনি খায়। ১) কবি Petracham conceint হায়বদি অপাম-মুংশিদা য়ুম্ফম ওইহুনা ইবা। ২) মরু মান্নদবা পোৎ অনিদা শকওং শাদা, শাজৎনচিংবা খরদা চাংদম্নহুনা ইবা মখল Similarly and Meta physical verse অসিনি।

Baroque verse অসিগী simily অমম্বুং metaphor গী শরুক অমনি। কবি Sir, Thomas Wyatt কী "My Galley Charged Forgetfulness" পনবা য়াই।

Cinquain — পরেং মঙানা শাবা Stanza গী শৈরেং। Japanese Tanka circular মান্নবা মওংনি।

# ( C )

**Co-herence** — ৱাহৈশিং, ৱাহৈ মতুপশিং অমসুং ৱাহৈ পরেংবু নিয়ম নায়না পুন্না থমজনা ফজবা অর্থ থোকহনবা।

**Colophon (কোলোফোন)** — অরিবা লাইরিকশিংগী মমৈদা অইবগী মিং নত্রগা খঙন্নবা খুদম নপ্পা ( Symbol )।

**Concrete** — সংসারদা লৈবা মশক মওং নায়বা পোৎপু concrete হায়না খঙনৈ। অদুগা পোৎ অদুগী মগুনবু নত্রগা মুংগীওইবা ৱাখলবু abstract হায়না খঙনৈ। "লৈ" অসি concrete নি পোৎ অদুগী মগুন- "ফজবা" অসি abstract নি।

**Concern** — সাহিত্যাগী লোন্দা মপু পানবা পোৎকা মরি লৈননা পুক্নিংদা লাংতক্লবগা লোয়না মুংঙাইবা অপাবদা ( readers controlling ) ফংবা। ( Involment ).

**Concertina (কোন্সটিন)** — চৌন্না কাময়না থোংবা যন্ত্র (ঈশৈগী) অমা।

# (C)

Concerto (কনচার্টো) — Orchestra অমগা খোংবা ঈশৈশগী গৎ।

Continuity (কোন্টিন্যুটি) — অতৎ-অথম লৈতনা শন্নবা সিনেমাগী ফিল্মদা উৎমনবা ৱারী অমসুং দৃশ্য অমসুং এক্টা।

Contrive (কন্ট্রাইভ) — অনৌবা নমুনা পুথোকপা।

Controversy — য়ান্না শাংথনা মরৈ য়েৎনবা।

Courty Love (Court of love) — পাথং লৈশানী অনিনা য়ুম্বাল লম্বীদা খোংদানিংলকপা মতমদা অতোপ্পশিংনা মখোয়না লৌন লৈনবদা অপুনবা পিগদবা লৈরবদি মখোয়না Court কী মমাংদা ৱাশকুনা থাজবা থমলগা অপাম মুংশি থুংনজবা য়াই। মসি France লৈবাক্তা খ্বায়দগী হান্না চৎনরকখি। অদুদগী তুংদা অতৈ লৈবাকশিংদসু চৎনরকখি।

Courtly Makers — ১৬ শুবা শদাব্দী অহুরাইদা Court তা কবিশিংবু শিজিন্নবা চৎরম্মী। Italy অমসুং

## ( [illegible] )

France তা চংনরম্বদগী মতুংদা Henry VIII না England দা অমসুং Scotland দা মথং মথং চংনরকখি। থরা থেংথরকপদা Elizabeth না হেম্না কজবা মওংদা লেমদোকখি। মতমগী Court কী কবি Sir Thomas Wyatt অমসুং Earl of Surrey শিংথাম্বা য়াই।

## ( D )

**Dactyl** (ড্যেকটিল) — শৈরেংগী পদ অমা ( A metrical foot )। মখোং অহুম পানবা ছন্দ মথল অমা। বাহৈ অমদা accented syllable অমা অমসুং unaccented syllable অনিনা ( মতুং ইনবদু ) থঙনৈ। খুদম :— য়াওবা "man ni kin" মসিদু মখোং অহুম পানবা শৈরেংগী ছন্দা মথল অমনি।

**Dance Drama** — জগোই অমসুং ঈশৈ য়াওবা লীলা, [illegible]। ( a play with dancing and song )।

**Decastich** — [illegible] পারেং তরাগী শৈরেং।

# ( D )

**Decasyllabic Verse** — উচ্চরন ১০ না শাবা অরিবা শৈরেং।

**Delusion** — লায়া থাজবা নত্রগা অবানবা মত।

**Detective Story** — ভাবনা শাবা ( Fable, Fiction ) নাটক অত্তেনবা রারী উপন্যাসনচিংবশিংদা শাগৎলিবা plote শিং অমত্থ detective কী পাৈম্ব শিজিন্নহনা solution পুরকপবু থগুনৈ।

**Developing Characters** — লীলা কুম্বা মীশকনা play নত্রগা novel নত্রগা short story দা মহাক্কী act নত্রগা action অহু serious ওইনা ( য়োনা ) চথরকপবু developing character হায়না থগুনৈ।

**Detachment** — পুন্নম্বা অহু কিশি থোকপা, থায়দোকনহুনা তোঙানহম্বা অমসুং ভার তাহম্বা।

**Distance** — স্বুর অনিশী লাপ্নবা ; ব্যাক গ্রাউণ্ডগা উরিবা দৃশ্যকা মরক্কা-লৈনবা অরাপ্পা, নকশিন্নবা য়াদবা। থবক্কা বাথলগা থেৎনবা।

## ( D )

**Dialect** — অকক্ষবা শ্লাম অমদি ফুরূপ অমদা ভাংনবা লোনবু dialect ( লোন মচা ) হায়না খঙনৈ। খায়নগী কবিশিং Robert Burns, William Barnes, George Eliots অমসুং Hardy's নচিংবনা dialect ( Standard ওইদবা লোন ) শিজিন্নদুনা রাজেং, শৈরেং ইরম্মী।

**Dialectic** — অচুম-অরানগী লমদা নিয়ম চুম্না থনবা।

**Double Rhyme (Femine Rhyme)** — খোম্বোক অনিগী চন্দা। অমনা stress অতোপ্পা অমনা unstressed ওইবা।

**Dramaturge (ড্রমাটর্জ)** – Theatre গী লমদা খোয়দোক্পা হৈখোয়শিংখোয়রবা মীশক। ( A specialist in dramatic composition and Theoritical presentation ) ।

**Distance and Involvement** – লাইরিক ইবশিংনা লাইরিক পাবশিংগী পুক্নিংবু শুম্নহনবা অমদি লাকশিন্নবা ( অরা-নুঙাইরা তাওহনবা ( detachment ) পুনিংবা মায়কৈদা পুববু খঙনৈ। মসিবু Envolment or Concern হায়নসু খঙনৈ।

# ( E )

Effect (Sound) — ভুবাগী মরক্তা খোংবা যন্ত্রশিং ( Instrumental music of Drama )।

Elegiac — অৱাবা ঈশৈগী ওইব তেংথাবগী ঈশৈ।

Emotional and Sensitive — পুক্কিংদা মথুম-মরাং হৌহ-মীংভাট ওইবা অমসুং খঙ্গন-লাকনবা অমদি মিংশিং-নাশিংবা।

Epos (ইপোস) — ইথোক্তবা অরিবা মহাকাব্য নত্রগা ঈশৈ নত্রগা ফুঙ্গা ৱারী।

Eros (এরোস) — Romans কী হুংশিবগী লাই। কামদেব ; প্রেম কাম ( cupid )।

Ethics (এথিকস) — হৌম থাজংকি মরম।

Epitaph (এপিট্যাফ) — অশিবা মতমগী যোংকনবী হুংবা অমসুং ফুবাদা ইবা বাখোল নত্রগা ৱাহৈ।

Epic — ঈর্থঙ্গগা মরী লৈনবা থামনদগী পারী পুরী চিংহাং ইবা চমক্কগা থন্দানায়না য়াওবা কম ওথা তিনর্থা ( শৈরেং নত্রগা ৱারেং ) অকরবা যুমিং তাং লৈতবা।




# ( E )

Euphony — তাবদা অথুম্বা ৱাহৈ খোন্দা।

Episode — নাটকী থৌদোক ময়ামগী মরক্তা অমগী ৱারোল নত্রগা ৱারী পরেং অমা চথরকপদা মরক্তা হাপচিল্লকপা তোঙান্বা অতেম্বা ৱারী অচুগা plot অচুগদি য়ায়া নরুবা মরি লৈনবা।

Epilogue — লাইরিকী ( fable ) অরোয়বা শরুক নত্রগা ৱাঙাংবগী অরোয়বা শরুক নত্রগা লীলা লোয়রুবা এক্তরদা ভাবোকতা হায়জবা ৱা।

Epithet — পোংশক অমগী মগুন কোংবা ৱাহৈশিং ( গুন ৱাচক )।

Epode — অশাংবা কবিতা অমদা অতেনবা কবিতা অমা হৈনবা নত্রগা ঈশৈগী শৈরেং।

Epitome — শমজনবা ৱারোন, লাইরিকী মচি ওইবা ৱাশিং।

Epistrophe (এপিষ্ট্রোফি) — চপ মান্নবা ৱাহৈ অমতনা ৱাহৈ পরেং থুদিং লোয়্বা।

## ( E )

Elegy — লানগী নত্রগা অচৌ-অশাং শিবগী নত্রগা হুংশি-হুংওল-শৈথাবগী নত্রগা লৈঙাক সাসনগী মরমদা তেংথা ঈশৈ কয়া ইরম্মী। রাহৈ অসি Grece লোন্দগী লাকপনি।

Evolvement — ভাবনা শাত্থনা ইবা নত্রগা রা ওইনা ফোংদোকপা লোত্তুনা লৈরম্বা পোৎ অমা অম্থম অম্থম হোংলকপা নত্রগা চাউখৎলকপা ( See concern ) লোয়ন্না অইবনা অপাবগী খম্মোয়বু খুত্থম চন্নবা হোৎনবা ( readers controlling )।

Exoggerate — হেনজন্না হায়বা রাঙাং।
(এগজ্যাজরেট)

Exotic — অরাংবা ( ফজবা ) রাখললোন্নচিংবা মীরৈবাক্তগী পুশিলক্লুনা চৎনবা হৌদোকপা।

## ( F )

Femine Rhyme — See "Double Rhyme Figurative Language.

## ( F )

**Flash back** — সিনেমা, নাটক, লীলা অমসুং নোভেল-নচিংবদা মথং মথং মনাও নাইনা চথরকপদা (continuition) মমাংঙৈদা থোকখিবা থৌদোক মত্তেক অমা নিংশিংবা মরক থংনা পুশিল্লকুনা উৎপা।

## ( G )

**Graffiti (গ্রাফিটি)** — অরিবা মতমদা রোমদা য়ুমগী ফক্লাংদা, য়ুম্বীদা মীত্তিনফম কাদা, লম্বীগী নাকন্দা রাইহৈশিং, রারোল হকপা অমসুং য়েকপনচিংবু Italyগী লোন্দা মসিগী অর্থদি "থোরী থোৎপা" (Sketch) অত্থগা গ্রীক লোন্দনা ইবা (Write) হায়না থঙনৈ।

**Grotesque** — ফজনবা অরু-অহেনগী পোৎ ওইনা লৈয়োং-তুরোং নত্রগা মুত্তি য়েক্তুনা নত্রগা হকতুনা রং-পঙ তৌববু থঙনৈ।

( H )

Hemistish — শৈরেংগী প্যারেং মতেক অমা, শ্লোক প্যারেং অমাগী তশ্যায়।

Hendiadys — মিং ( Noun ) অনি অমসুং কংজংসন ( conjunction ) অমনা অর্থা লৈবা ভাব অমা ফোংবা। Shakespeare's phrase দা খুদম ফংই। অর্থ অলঙ্কার ফজবা রাহৈ অনি পুন্নগা ফোংবা।

Hendecasyllable — উচ্চরন ( Syllable ) তরামাথোয় লৈবা শৈরেংগী প্যারেং অমা।

Henotheism (হেনোথিইজম) — ঈশ্বর অমথক্তং থাজবা।

Heptameter — প্যারেং অমাদা মখোং ( পদ ) তরেৎ পানবা শৈরেং।

Heptasyllable — প্যারেং অমাদা Syllable তরেৎ লৈবা শৈরেং।

Heroic verse — অকন অথৌবগী ওইবা শৈরেং (অভন্না মতমগী)।

Heroic poem — মহাকাব্য।

Heroic remedy — হাত্তোকপা অমা নত্রগা কহনবা অমা ওইনা লায়রেংবা মখল।

## ( H )

Heroi-comic — বীররসকা হাস্যরসকা মরুপ্না।
(হিরোয় কোমিক)

Heroism — বীরগী খাঙ্গৎ-লম্বগা শুমগী ওইবা।
(হেরোইজম)

Heterotaxy — হকচাংগী কুয়াশিংনা মফম লাম্না প্যান্নবা।
(হেটেরোট্যাক্সি)

Heterozygote — জাৎ তিমদবা অনিনা তিম্নরগা পোকপা মচা।
(হেটেরোজিগোট)

Hagiography — গ্রীকশিংগী Church শিংদা সাধুশিংগী মশেংবা
(হ্যাগিওগ্রাফি) রারী ইবগী থবক।

Hallucination — লৈতবা পোৎপ লৈবগুম্না উত্না মীগী পুক্নিংদু
(হ্যালুসিনেসন) থাজহনবা অমদি মালহনবা।

Hexameter — ছন্দা নাইনা ইরবা শৈরেং মখোং ( পদ )
তরুক পান্না শৈরেংগী পরেং অমা।

Historic Couplet — শৈরেংগী ছন্দা মাত্রা খোংথোক মাপ্না
পারেং অমানি। অহানবগী পারেংদা কোমা
( , ) অহুপা অনিশুবগী পারেংদবা চৈথে
লৈজনি। মহাকাব্যগী ছন্দদা ইবা অকন-
মপোক্কী ওইনা লোক।

( H )

Historic Triplet — ছন্দা, মাত্রা, খোংথোক মায়বা পারেং অহুম অগমনা শাবা শৈরেং ।

Hot-air — অর্থ য়াওদবা ৱাঙাং ।

Homily — ধর্মগী পাউতাক ।

Hymen (হাইমেন) — লুহোংবগী লাইরৈম্মা ।

Homely — মুভিগী থোকপা নত্রগা শিজিন্নবা খৌদোক (থবক) ।

Hyperbotical (হাইপারবোলিকেল) — ৱাবেং শৈরেংনচিংবদা হেন্না শিজিন্নবা ৱাহৈ নত্রগা ৱাঙাং নত্রগা অলঙ্কারগী ৱাঙাং ।

Hesperus (হেস্পারস) — সন্ধ্যাগী থৱালমীচাক ।

( I )

Idyll — ইংলিসকী শৈরেংশিংগী মনুংদা অকক্পবা নিয়ম (তোপ-তোপ্পা) অসি ওইগনি হায়বা লৈতবা শৈরেংনি । অমুবু-কবিগুম্বা মতমদা lyric নত্রগা অপাংবা poem নত্রগা elegy নত্রগা

# ( C )

ballad নত্রগা epic নত্রগা Play ( Drama ) ওইবসু য়াই। মসি কবিগী অপাঙবগী মথা পোলদি। য়াহৈ অসি Greek লোনগীনি। মসিগী অর্থদি "a little picture" হায়বনি। মতুংদা তশেং তশেংবা থৌনা অমসুং কবিগী পুক্কিংগী মমি মিংথিনা তাগদবনি। করিগুম্বদা সহরগী নত্রগা লবায়গী পুন্সীগী 'ভেস্তা ইবা শৈরেংদসু ইবা লৈ। মসি ইংলাণ্ডগী শৈরেংশিংদা মরেক শেংনা উবা ফংই। Milton গী L'Allegro ; words worthকী Lines written in March ; Shakespareগী "As you like It" অমসুং Browingগী Dramatic Idylls পানবা য়াই। Tennyson গী "Idylls of the king" থোয়না হেন্না ফজবা থুদমনি।

Image — কনাগুম্বগী নত্রগা পোৎ অমগী পুক্কিংদগী মিংশেল্লা তাবা মমি, প্রমান-পাহৈ (Simile, metaphor ).

## ( ই )

Imagist — কুমন্তরা শতাব্দীগী (১৯১২–১৯১৪) হৌরক-পখ্রবা ইংলেণ্ডা কবিশিংগী রাখলদা অমসুং মপুক্রিংগী মিথাং উখা পুম্বা তরং তরংনা সাহিত্যিক ওইবা মওং ( form ) দা ইত্থনা শোনৈরকপা কবিশিংবুনি। United State কী অমিং-লৈরবা মতমশুগী imagist শরদি Amy Lowell, Robert Forst, John Gould Flechtar, Carl Sandburg শিংলাক্লিংবনি। কবিশিং অসিনা সাহিত্যগী ওইবা চোলি চেঙ্গা হীলাক খুলহল্লি অমসুং শৈরেং, মাহেংশিং ফজহনবদা নত্তনা মথাভারম্ব কনখহল্লি।

Inarticulate — খা 'শেকলাত্তনা' তাবা

Impersonal — পুক্নিংগী অমাদি অকায়বা রাখলগী নত্তবা অশেংবা অকোক্লবগী পোৎথক নত্রগা থৌদোকশিং উবগা শার্দনা থওবা ওঅবু objective poetry নত্রগা objective Prose খনবা উবা খংই। কবিশিংগী নত্রগা নাটক ইবা-শিংগী অসিওবা মই অসি অরিবা মতমদা

( I )

কয়া চৎনরম্মী। মরমদি মতমতুগী থৌদোকশিংদি রাখল লুনা খনবা ওমদবনা উরগা নত্রগা তারগা লায়না থঙবা ওম্বা মথলগী কুম্মৈ অমদি ঈশৈশ্রনচিংবা চৎনরম্মী।

Improvise — খুদক খুদক্তা লেংবা শৈরেং নত্রগা ভাংবা রাঙাং।

Incidents (ইন্সিডেন্টস) — নাটকী নত্রগা কাব্যগী কয়া মরু ওইদবা থৌদোকশিং।

Incipit (ইনসিপিট) — লাইরিকী অহানবা রাহৈ।

Incoherent — নিয়ম নীতি নত্রগা নাতৈ-প্রমান চাদবা।

( L )

Lacusion or Locution — ইবা অমস্তুং রাঙাং-শঙাংগী ওইবা-লোন্দা-পুদাগী লমদা নৈনবা বিদ্যা। ভাষ্য রীতিগী নৈনরা।

## ( L )

**Lament** — অঙাংবা মতম্দগী হৌনা মীওইবগী পুক্নিংগী অশাবথু য়াহেনা নত্রগা তেংথা-নাওইবা নত্রগা ঈশৈনা নত্রগা বেরেৎচনা ফোংদোকপা চৎনবগী। খুদম :— Deor's Lament অমসুং mirror for Magistrates পনবা য়াই।

**Lay (Lai)** — ১২শুবা শতাব্দীদা ফ্রেন্স লৈবাক্তা চৎনরম্বা অতেনবা ঈশৈগী শৈরেং অমসুং অতেনবা শৈরেংগী য়ারী মচাশিং। উচ্চরন নিপানগী ছন্দদা চৎনরম্বা অদুবু "Brelon Lais নত্রগা Frence Lais" হায়না খঙনরম্মী। England লৈবাক্তদু ১৪শুবা শতাব্দীদা চৎনরকখি। Scott না ইবা Lay of the last Minstrel অমসুং Macaulay না ইবা Lays of Ancient Rome পনবা য়াই।

**Legand** — থাগৎনদগী পুখাং-শুখাং, চিঙ্খাং য়ৈনা লাকপা য়ারীবু খঙই। Myth হায়রবসিগা Legand

## ( L )

হাঁয়বসিগা। থৌনবা থরা লৈ। Legandদি ইতিহাসকি ওইবা মচাক য়াওই। হায়বদি অন্ধবিশ্বাস হেন্না য়াওবা ওই। হেন্না ময়েক শেংবা উৎননবা অয়েকপা লাই (হকপা) মত্রগা মৈপানচিংবশু য়াওই। হৌজিক্কী মতমদ রাজীকী সাহিত্যবু কুপ্না নৈনরক্লি।

**Legitimate Theatre** — আইন্না অয়াবা পীরবা নট্য শালা; থিয়্যাটরদা আইন্না অয়াবা পীবগী চৎনবী অসি ইংলণ্ডগী Lieshingthratre Act না অহানবনি। থিয়্যাটর অসিনা আইনগী অথিং-বথিং ওাকনা চৎকদবনি।

**Linkman** — থবকী থৌরম অনীবু শমজিন্নহনবা মী।

**Lyric** — অতেনবা ঈশৈগী শৈরেংনি। মসি অরাংবা রাথলগী ওইবা (Subjective Poem) থিম অমদা অকক্রবা শৈরেংগী নিয়ম অমগী মথাদা ছন্দা নাইনা কবিগী রাথলবু হকথেংন্না ফোংবা ওইনা ইবনি। ঈশৈগী শৈরেং (lyric poem) অসি শরুক (division) অহুম থোক্লা থায়বা

## ( L )

স্থাই। মসি মী অমতনা নত্রগা মরাম্গী ওইরবা মওংদা ঈশৈগী যন্ত্রশিংগা লোয়ননা শকপা চংনৈ। ঈশৈগী মরেক্তী অহানবা Stanza বু The subject or the initial emotion ( motive ) স্থাই হায়না খঙনৈ।

অনিশুবা Stanza বুনা Thoughts suggested by the emotion বু অহাম্বা অন্তরা হায়নম্ব খঙনৈ।

অহুমশুবা Stanza বুনা অনীশুবা অন্তরা conclusion which is an Shelley Keats, Wordsworth, Black, coleridge নচিংবা অকাওবা অঙনবা মতমগী অইবশিংনি।

Lyrical Drama — শৈরেংগী মওংদা ইবা ড্রামা মখল অমা।

Leich — ১৩শুবা শদাব্দীদা Germany দা কম্না চংনরম্বা অকক্নবা নিয়ম লৈতবা Stanza শিংগী ঈশৈগী শৈরেং ( Lyric ) মখল অমনি।

Libretto — রাগ্রীগী নত্রগা ঈশৈগী অশাংবা Plot য়াওবা opera গী ল্যাইব্রিক। "Indian Libro"।

## ( L )

**Light Opera** — Grand Opera দগী মগুন হন্থবা Passionদগী Sentiment দনা হেন্না শাফুপিবা মখলগী opera নি।

**Limerick** — ইচম চম্বা শৈরেং মখল অমনি। পরেং মঙাগী মন্থুংদা অহানবা, অনিশুবা অমস্থুং মঙাশুবদা মথোং অহুমগী ছন্দা ইবা, অহুমশুবা অমস্থুং মরিশুবদনা মথোং অনিগী ছন্দাদা ইবা শৈরেংনি। করিগুম্বা মতমদা পরেং মরিথক্তং ইবস্থ লৈ। খৃঃ ১৮৪৬ তা ফোংবা Edward Lear না ইবা Book of Nonsense পনবা য়াই।

**Liturgical Drama** — মধ্যা য়ুক্তা লেটিন্দা কল্লা চৎনরম্বা খৃষ্টান ধর্ম্মগী থৌরাক কয়াদা য়ুমফম ওইবা (church service) ঈশ্বরগী ঈশৈ অমস্থুং ধর্ম্মগী স্লোক কয়া য়াউবা ড্রামা মখলনি।

# ( M )

**Macaronic Verse** — তোঙান তোঙানবা লোন অনিনা য়ানশিনহল্না ইবা নোকনিংঙাইগী ওইবা শৈরেংগী পদশিং। কবি Teofile Folengo না ইবা শৈরেং Liber Macaronicus শিংথানরি।

**Madrigol** — মুংশি মুংওনগী নত্রগা পাষ্টোগী ওইবা ঈশ্বরগী শ্লোক অমসুং ঈশৈ ওইনস্থ শকপা য়াবা পরেং ৬ নত্রগা ১৩গী ছন্দা অছুমগী শৈরেংনি। Shakespear গী পরেং তরুকী শৈরেং "Measure for measure" ময়েক শেংলবা থুদমনি।

**Malapropism** — শৈরেং ইবদা রাহৈ লাম্না নত্রগা ওন্নবা শিজিন্নবা। মসি কবি Sheridam গী The Rivals, Mrs. Malaprop নচিংবদা থেংনৈ।

**Mannerism** — থোইদোক হেন্দোকপা অইবগী মতিক মগুন। অশুমন্না অইথগী গুন দোষ ইরৈমক লৈতবদি নত্তবা।

# ( M )

Manners, Comedy — তরাম্যাপনভুবা শতাব্দীগী মমাং অমসুং Restoration গী মতমদা কবি Congreve অমসুং অতৈনা realistic comedy ইবা চংনরম্মী। মতুগী মতুংগী মতমদদি Elizabethan অমসুং Jacobeanনা খরা শেমদোক শেমজিন তৌবগা লোয়ননা comdey of Manners নত্ত্রগা Manners, Comedy হায়না খঙনখি। মসিগী অতৈ comedy শিংগী থেংনবা খরদি হৌন-খঙদবা অমসুং immorality ওইবা কাগীনি।

Medieval Romance — ১৩শুবা শতাব্দী অমদি মন্নাই ওইবা যুক্তা ইবা মুংশি মুংওনগী রার্বাশিং শৈরেংগী মওংদা ইনরম্মী। রার্বাশিং অদু অয়ামবনা ধর্ম্ম লৈনা, থৌনা কনা অমসুং মাই পাকনা থুংনবা নত্ত্রগা কায়নথনা মপুং ওই। খরা থেংথরকপা মতমদনি রারেং ওইনা ইনরকখি। ফ্রেঞ্চকী Chretien de Troyes অমসুং Matter of England কজবা থুদমনি।

## ( M )

**Metrical Romance** — শৈরেংগী মওংদা ইবা ভাবনা শাবা মুংশি মুংওলগী ওইবা ৱারী Sir Walter Scott না ইবা " The lady of the lake and Marmian অমসুং Lord Byronনা ইবা Bride of Abydos and Giaour খোয়দোক্লা শিংথানৈ।

**Memoir (মেমোয়র)** — অতেম্বা পুন্সী ৱারীগী (auto biography) মওংদা ইবা মরূওইবা নীংশিংনিংঙাই ওইবশিং নত্রগা অকুবা হীরম অমগী রচনা ( ৱারেং )।

**Menology (মেনোলোজি)** — ঈশ্বরগী খোগল তৌবশিংগী অশেংবা পুন্সী ৱারী ৱাওবা গ্রীকী পানজিকা।

**Metonymy** — হায়নিংবা ৱাহৈ অমবু অতোপ্পা ৱাহৈ অমনা মগং শিন্দুনা অর্থ ফোংদোকপা।

**Mine play** — ৱাদি ঙাংদবা actor অত্থগী imitative অমসুং movement শিংনা ভাবোকপু (audiance) ডাপ তাহনবা play মথল অমনি। Play মথল অসি থৃষ্টনা পোকদবা চহি ৫০০ মোম ৱার্ৎলিভৈদগী ফাগী-জুগায়



মওংদা য়ায়া চাউখৎলম্মী। মসিগী মরুওইবা মশামক্তি dance, imitation, gestures অমসুং witty dialogueনা নোংমগী পুক্সিবু য়েকপনি। মসিদা comedyগী শরুক অমসু য়াওই। Play অসি হৌজিক হৌজিকসু বিজ্ঞানীক ওইবা মতাংদা কোয়ন চৎতুনা শামরি।

Mangle — মশা মরেং ককথৎপা নত্রগা কোয়দৎপা।

Meteorology — নুংশিৎ-নুংশাগী হীরমদা নৈনবা বিজ্ঞান।
(Hagiology)

Metapysical Verse (Poetry) — মায়দবা পোৎশক অনিবু মায়বা মওং থরাদা অরাংবা কবিগী রাথলনা (প্রকৃতিগী পোৎভা) চাংদমনদুনা মীওইবগী পুক্কিংবু থমহনপা শৈরেংবু থংনৈ।

খুদম — "নুজাগী থম্মাল মাম্বী চেংলোদো খোয়মু ওইবা কনানা খোয়দাজে।" প্রমান জোই অমুমা চাংদমদুনা (প্রমান পাহৈ জোইননা) ইবা শৈরেংবু Metaphysical



'Verse or Poetry হায়না খঙনৈ। মসি ১৭ শুবা শদাব্দীদা ইংলিসকী কবি John Dannena অহানবা ওইনা পুথোকখি হায়না থাজনৈ।

Metaphysical Verse or poetry অসি মখল অনি থোকনা খায়বা য়াই। অহানবা নুংশি-নুংঙনগী ওইবা (amorous) অমসুং অনিশুবা ধর্ম্মগী ওইবা অসিনি। নুংশি-নুংঙনগী শৈরেং অমসুং রারেংদা শৈথাহনা ইবা কবি খরগী মিংদি carew, Suckling অমসুং Lovelace চিংবা ধর্ম্মগী ওইবা রাবেংদা ইবা কবিনা Herbert, Crashaw অমসুং Vanghan পনবা য়াই। মনিপুরীদা হিজম অঙাংহলগী "থম্বাল" শিংথানিংঙাই ওইবা খুদমনি।

Modern Cannotation — অরীবা যুক্তা ছন্দা নায়না ইবা চংনরম্বা তেংথা ঈশৈ (elegy ) শিং অহু হৌজিকী অনৌবা যুক্তাদি অকরুবা ছন্দগী

## ( M )

নিয়মদা শাফু পিবগী .মহুক্তা মমুংগী থিম (theme), catharsis, Pugation অমসুং message to the public তনা হেন্না শাফু পিহুনা ইনাবনি।

Monometre — মখোঙ অমতা পানবা শৈরেংগী ছন্দ।

Mystery play — মঙাই ওইবা যুক্তা Europe মহাদেসতা কয়া চৎনরম্বা ধর্ম্মগী ওইবা Play মথলনি। মসি মথল অহুম খোক্না খায় হায়না লৌনৈ। অহান্বদা Old Testment, অনিশুবদা The New Testament অমসুং অহুমশুবদা The death and resurrection play অসিনি। মসিবু কয়িশুবদা Corpus Christ Play হায়নসু খঙনৈ।

## ( N )

Narrative poem — বারীগী মওংদা ইবা শৈরেং (ভাবনা শাবা)।

## ( N )

**Novelle** — অতোনবা মতমদা Italy অমসুং France কী কবিশিংনা ভাবনা শাবা উপন্যাস অমসুং রারীশিংবু হায়রম্মী। মতুংদা Englandগী কবিশিংনসু হায়বা চংলরকখি। কবি Baccaccio গী "The Dicamerori" অমসুং Marguerite of Valois কী "The Heptameron" শিংথানৈ।

**Novelette** — অতোনবা উপন্যাস নত্রগা অতোনবা রারী মচা ( ভাবনা শাবা ) হায়রেদি লিশীং তরক্তাগীনা লিশীং তরা কাওবা নত্রগা লিশীং কুন্থ্রাদগীনা লিশীং নিফু কাওবা চংনরম্মী অদুবু করিগুম্বনসু মমিৎনগী হেমবা নত্রগা রাংপসু চংনরম্বা হৈদোকফদি পন্তে।

## ( O )

**Objective and Subjective Poetry** — কবিতা শৈরেংদা নৈনরিবা মরুওইবা হীরম অনিনি। অহানবদা Objective অমসুং অনিশুবদা Subjective নি।



Objective Poetry হায়বদি উরগা নক্রগা ভারগা খণ্ডবা থাঙ্গৈশেংবা থবক (emper-sonal) ওইনা ভৌবগী পান্দম পিবা মথলগী শৈরেংনি। ইশাদা ইকথেংনবা থৌদোকশিং অমসুং অকোয়বদা লৈবা পোৎশিং উরুরগা নক্রগা ভাকুরগা ইবা মথলনি। মসি খ্বায়দগী অঙনবা মতমদা কয়া চংনরম্মী। মসিগী মরুওইবা পান্দমদি মীয়ামগী পুক্লিং চিংশিন্নবা মতা য়েংহুনা Symbolic ওইবা পোৎ নক্রগা রাহৈ কয়া শিজিন্নহুনা অমসুং composit art ময়ান্না পুনশিন্দুনা Play অয়েংবা অভাবশিংবু ভাব তাহনবনি অমসুং অরা-মুঙাই, অচুম-অরান লেপহনবনি। অমিগী খেৎনবা method of treament অসি Objective Poetry গীনা Shakespareগী "Crabbed Age and Youth"দা থেংনৈ। Objective Peotryশিংদগী ঐখোয়না খণ্ডবা ভম্মী মতুদি অঙনবা মতমগী মীশিংনা রাখল য়ান্না খন্থবগী থবকশি মথোয়দা য়ান্না অরাবা অমসুং রাই-চিলহনবনি মরমদি

( ৩ )

মথোৎগী পুঙ্গি অসি চঙনা-লেল্লম্মী । মরমচুনা মখোয়গী উবা অমসুং তাৎগা থওবদনা রাখল থম্বদগী হেল্লা পাল্লম্মী । মসিবু Imperso-nal Poetry হায়নসু কৌওনৈ ।

Subjective Poetry — কবিগী অরাপ্পবা রাখলগী (deepfeeling) রাগ অমসুং পুক্কিংনা পোৎ অমবু মীগুম্না লৌচুনা রাক্নেং শৈরেংনা চিংবদা উৎপা । মুত্তি অমদি মীওইনা নত্রগা পোৎ ওইনা মশক মওং নাল্লবা কৈতবা পোৎপু ভাবনা শাগওনা উৎপনি । মসি হৌজিক মতমগী চাউথওলকপগী খোংচৎনি হায়না লৌনরকথি । ঈশৈগী শৈরেং ( Lyric ) তেংথা নাওইবা eleggy অমসুং ballad নচিংবশিং অসি Sub-jective Poetry ওইজনি । খুদম অমদি Colerilge না ইবা "Youth and Ere" Subjective Poetry নি । মসিদা থবক্তগী অকবা রাখল্লা হেল্লা মরু ওইবা অচুনি ।

## ( O )

**The Ottava Rima** — মপোক নিপান পাম্বা শৈরেংগী ছন্দা [illegible] অমনি। শৈরেংগী অহানবা অহুমশুবা অমসুং মঙাশুবা পরেংগী রাহৈশিং খোঙ্গোক মান্নবা অমসুং অনিশুবা, মরিশুবা অমসুং তরুকশুবা পরেংগী রাহৈশু মান্নবা লোয়না তরেৎশুবা অমসুং নিপানশুবা পরেংগী রাহৈশু মান্নগনি। Stanza অসিগী নমুনা অসি কবি Shelley অমসুং Keats কী শৈরেংশিং "The Witch of Atas" অমসুং 'The Pot of Bast" তা উবা ফংই।

## ( P )

**Paradox** — চৎনরিবা মত-কা খেৎনবা রাঙাং।

**Paralogism** — নাইত্ত চাদবা রাঙাং-শঙাং।

**Petrarham Conciet** — ( See conciet ).

**Personal** — ( See Subjective ).

**Poetic discourse** – শৈরেংদা য়াওবা রারী-রাতায়।

## ( P )

**Pecan** — অঙুনবা মতমদা Homer না লান্মীশিংগী function শিংদা শকুবা ঈশৈ অমদি Greek শিংমা Apollo শিংবু ইকায় থুম্নবা উৎপদা পুন্না অন্নায়-অথুম তৌহনা শকুবা ঈশৈ ওইরম্মী। হৌজিক্তী ঈশ্বরবু থাগৎপা অমদি হয়াউ-তয়াম্বা কোংদোকপদা শকপা চৎনরে।

Panegyric — থায়না Panegyric অসি Roman literature দা অইবা ওইনা নক্রগা চীনহায় ওইনা অহিংবা মীগী থাগৎপা চৎনরম্মী। Greek Literature দনা অশিবা মীগী থাগৎপা ওইনা চৎনরম্মী। হৌজিক্কী মতমদদি করিস্থ লৈতবদা অইবা নক্রগা চীনহায় ওইনা থাগৎনবদা চৎনরক্রে।

Poetic Discourse — কবিতাগী ওইবা রারী-রাতায়।

Pornography — অকাম অপেৎকী লাইরিক।
(পোর্নোগ্রাফি)

—O—

## ( P )

**Plot and Character (in Tragedy)** — Aristotle গী মত মতুংইন্না tragedy গী শরুক তরুক থোক্না খায়। ১। plot (muthos) ২। character ( ethos ) ৩। thought ( dianonia ) ৪। diction (lexis) ৫। Song (melos) অমস্তুং ৬। Spectacle (opsis) অসিনচিংবনি। মথক্কী মথক্ত তরুক অসিদা Plotনা পুন্নমক্কগী মরুনি। Tragedy হায়বসি Imitation of action নি। Tragedy play অমা ফজহনবা হায়বসি play অসিগী মথরায় ওইরিবা plot অদুগী মথা পোল্লি। Characterগী মথা পোন্দে। Character দি imitation of action of life না মতিং ফংদোকহন্না ওন্মী। মরম অদুনা Characterদি plotকী মথা পোন্না লৈগনি। মসিমক্কা "Plot is the Soul of tragedy" হায়নরিবনি। তশেংবমক plot অদুনা মতিং লৈবা লৈতবগী মতুং ইন্না লীলাগী ফজবা-ফজদবা, মুংঙাইবা মুংঙাইতবা লেপ্পী।

( P )

Aristotle-গী actionগী অর্থদি 'Process' হায়বনি। অদুগা 'activity' মকম্‌ নত্তে। মরম অদুনা plot অসি play অদুগী য়াংলেন মঙ্গ (structure) নি। নিংথিবা plotকী actionনা অইবনা ভাবোক্তা নত্রগা অপাব-শিংদা পুক্লিংদা মঙ্‌ মঙ্‌ পালহন্দুনা মীওইবগী অশোনিবা পুক্লিং অমদি অন্ধাবিশ্বাসকী ফত্তবা রাথল্লোন; নমচৎ-শাক্লিংপু শেংদোকপা অমদি শেমদোকপা ঊত্নবনি। মসি Characterগী মওং নত্তে। Characterগী মওনদি লৈবা থাই অদুবু মতুমক্তা নীলা অদু ফজহনবা, ফুংভাইহনবদি নত্তে।

Aristotle না অসুম্না হায়বা লৈ "The first principle, then, and to speak figuratively, the Soul of tragedy is the plot. and second in important is character".

De Anima না Soul ( psychi ) বু অসুম্না হায়, "The cause or source of the living body" অসিনচিংবা।

# ( P )

Aristotle না ষষ্ঠ মতুং ইরা tragedy play অমদা character য়াউদবদি য়াই অদুবু plot য়াউদবদি য়াদে। Character হাবখিসিদি plotকী actionনি। Character দি চুম্নদগী মীওইবগী অফবা বাখলগী চৈনবী ফাওমখা, পোট ( bent ) গুম্বনি। করি Humphry House না অসুম্না হায়, "Character is a bent, a tendency, a legacy of past acts, is not fully "actualized or realized". It is only fully realized when it is 'in act', as it is not, for instance, when we are asleep".

Poetic কী মতাংদা Aristotleনা অসুম্না হায় "All human happiness or misery takes the form of action ; the end for which we live is a certain kind of activity, not a

quality. Character give us quality, but it is our actions — What we do that we are happy or the reverse". মহাক্না character অমসুং thought (dianonia) অসি পুম্না actionগী পোথোকনি হায়না লৌই। অতৈ diction, Song অমসুং spectacle শিংবুদি থোয়না নৈনদে। মসিনা অকপনি character মাওদবা মথস্তা তাক্লজবা শোনজবা Shakespeareগী Soliloquies মখল তরুক হেন্না লৈবা থেংনৈ।

Purification or Purgation Theory — Purification theory দগী Catharsis লাকপনি। মসি হৌদা মীয়াম্না tragedy dramaগী কয়াৎ অমা ওইনরকখি। মসিনা মীয়ামগী পুক্নিং য়ারা চিংশিল্লি। Tragedy play অমদা fear (অকিবা, ভয়ানক রস) অমসুং pity (নুংশি-নুংঙন, শৃঙ্গার রস) অনি অসি

( P )

ছন্দোকপা মাত্রবা মক ওইবা রসশিংনি, মথোমক মকক মতম চানা শিজিন্নদুনা অপাবা অমসুং অমেয়শিংবু control তৌবা হৈগনি। মরমদি tragedy playদি emotion ওইবা play নিৎ।

Tragedy play না ভাবোকশিং অমসুং অপামশিংবু মীয়ুংশি লৈবা অমসুং ফত্তবশিংবু কিহন্দুনা সমাজদু শমবনওম থলহন্দুনা মামবা রাখলোন পুক্কহলি। Platoদি মসি music (ঈশৈ) খক্তনা শিজিন্নরম্মী। কবি Butcher নদি Catharsis কী অর্থা অহুম থোকনা শিজিন্নবা পায়রী। i) a medical purgation ii) the religious or liturgical, 'lustratio' or 'expiato' অমসুং iii) the moral 'Purgation' অমিনচিংবনি। অদুগা ওইনমক Zellerনদি মত থেংনবা কয়া লৈরম্মী।

Catharsis কী মতাংদা Aristotleনা হায়, 'The concept of the effect that

## ( P )

tragedy or serious poetry produces on the readers or spectators' Platoনা খন্ড অমি থোক্না পি। i) "Imitators of the life of the visible nature and so point an inferior view of truth" ii) "they feel and water the emotions and passions of men instead of restraining them by reason" অসিনচিংবনি।

খৃঃ ১৮৫৭ তা Jacob Bernays না Catharsis অসি medical metaphorগী অর্থাদা 'Purgation' নি হায়রম্মী।

Aristotle না মাগী Politic কী Book VIII কী Chapter দা ঈশৈগী শিজিন্নফমদা মখল মরি থোক্না থায়রম্মী। i) as relaxation and amusement, ii) as a means of moral culture. iii) as an enjoyable exercise অমসুং iv) as a Purifing, influence নি। ময়াম অসিদা

## (P)

পুমমক্তগী শাফু পিনা নৈনবদি Purifying নত্রগা Catharsis নি। অসুম্না Plato গসু মত খেৎনবা লৈখিদবা নত্তে।

Catharsis পু অকন্বা ইথিল পিথিবশিংগী মিং থন্না পনবা ভারবদি Comeille, Rochine অমসুং Lessing অসিনচিংবনি।

## (R)

**Rogue** (রোগ) — মীফত্ত মথল অহুম শুই। ১) বদমাস (Scoundrel), ২) থবক তৌবদা নমথাক তৌবা মী, অমসুং ৩) ওইজবা থবক থিবা কোয়চৎ চৎপা পুম্নাং, লাংবা মী (tramp) অসিনচিংবনি।

**Romancer** — ভাবনা শাবা উপন্যাসকার।

**Roman esque** — ভাকনা শাবা পাত্তভাক ঝাউবা শৈরেং নত্রগা রারেং মথলগী শুৎই।

**Romandequp or rondol** (রোনডো) — ছন্দা অন্নিনা ওইবা শৈরেং ১০/১৩ নত্রগ্না ১৫ মী শৈরেং।

( आर )

Roman Policier — ফ্রেঞ্চ পুলিসকী ওইবা নোভেল।

Rondo — মতম মতমগী থিমদা শকপা ঈশৈ মখল অমা।

( এস )

Satire ( স্যাটায়র ) — অরান-অহুই পুথোকুনা করেম্নবগী রারেং-শৈরেং। পেন্দবা, নিন্দা তৌবা, অরান-অহুই, মীগী কন্নবা পুক্নিংবু শৈরেং ওইনা নত্রগা রারেং ওইনা ইবা। মমাংঙৈগী কবিশিংনা Satire অসি ode, elegy, ballade নচিংবা ইতিহাসিক ওইবা মওংদগী হেন্না ইনরমগনি থাজনৈ। মসিগী অকন্নবা ইবগী মওং থেংনদে। মাগী মওং ( form ) অসি শেংদবা মখল অমা ওইজরমদ্রভনিগী। অরাংবা Satire হৌরকখি।

Scratch — ইংরাজিলোন্দা 'খোংপা' অহুপা গ্রীক লোন্দমা 'ইথা' হায়না খঙনৈ।

## ( S )

Sequence — ফিল্ম নত্রগা ড্রামাগী থৌদোকশিং মথং-মনাও নায়না চথরকপা incident (থৌদোক মচা-শিং) শিংবু খঙনৈ।

Surrealism — আধুনিক ( অনৌবা ) সাহিত্য অমসুং কলাগী অন্দোলোন অমনি। মসিগী মরু ওইবা থবক্তি মঙদা, মীওইবগী পুক্নিংদা তৌবা ব্যখ্যাবু খঙনৈ। মসিগী খুৎই অসি নিয়ম অকরুবা লৈতে। লৈতবা পোৎপু লৈবগুম্না উবা, অমসুং মীগী পুক্নিংদা মালহনবনি। Surrealistic writerশিংগী মনুংদা Andre Breton, Louis Aragon; Raymend Queneau and Juleen Graeq পনবা য়াই। খুৎই অসিমক হৌজিক হৌজিক কয়া পামনরকলি।

Spenserian Stanza — মখোং মাপন পানবা শৈরেংগী ছন্দা মথল অমনি। অহানবা পরেংগা অহুমশুবা পরেংগা রাসৈ, খোম্হোক মাইয়। অনিশুবা পরেংগা মরিশুবা, মঙাশুবা অমসুং তরেৎশুবা

( [illegible] )

পরেংগী রাঅৈগী খোম্লোক মান্নবা লোয়ননা তরককগুবা, নিপানগুবা অমসুং মাপনগুবা পরেংগী রাঅৈগী খোম্লোকশিং মান্নবা অহুবু খঙনগনি। Stanza অসিগী নমুনা অসি কবি Byron অমসুং Shelley গী শৈরেংশিং মথঙশিংনা "The Child Harold", Keats কী 'The Eve of St. Agnes', Shelley গী 'The Adonais' নচিংবদা উবা ফংগনি।

Strophe — See Triad
( ষ্ট্রোফি )

The Structure of the Lyric — অইবগী মত মতুং ইন্না ঈশৈ ময়েকী স্ত্রাক্চর অহুম লৈ। মহুদি "অহানবদা ষ্টাই" মথংদা "অহাম্বা অন্তরা" অরোয়বদা "অনিশুবা অন্তরা" নি। মসিবু melic Song হায়নসু খঙৈ। মসিগী হৌরককমদি Greek লৈবাকনি।

# ( S )

**Structure of Tragic Plot** — Aristotle গী কবিতা ( poetic ) কী Chapter VI দা tragic plot অসি শরুক অহুম থোক্না খায়বা থেঙ্ঙৈ। ১) অকক্নবা size, ২) অকক্নবা structure অমসুং ড্রামাচুগী মথরায় plot নি।

**The structure of Drama** — ড্রামাগী পান্দমদি মীওইববু সুংঙাম্বহনবনি লোয়না ভাব তাহন্দুনা পুক্রিংগী অশোম্ববু চুমথোকপনি। সধারোন ওইনা drama অমা হায়বসি tragedy নত্রগা comedy অমদি ওইগনি। অদুবু comedy playনা tragedy play দগী খরা লুশিল্লি। কয়াৎ মান্নজরবসু মমৈদা থেৎনবা খরা লৈ।

খুদম:- a) Exposition :— to explain the circumstances or Situation.

b) Complication or Raising Action :— Progresses or grows more involved.

( S )

c) Climax or crisis :— When it takes a turn for the better or worse, ( according to the play is a comedy or a tragedy ).

d) Denouement or falling Action: Which is ravels the complication.

e) Solution ( in a comedy ) or Catartrophy ( in a tragedy ) :— That decedes the fate of its characters.

Act মঙাগী drama অমদা অহানবগী a) the exposition অসিনা অহানবা act অছু কন্দুনা লৈ। অনিশুবা b) the Complication অসিনা মথঙগী act অনিবু কন্দুনা লৈ। অহুমশুবা c) Climax or crisis অছুনা অহুমশুবা act অছু কন্দুনা লৈ। অমসুং অরোয়বগী d) denouement অছুনা লেমহৌরিবা act অনি অছুবু কন্দুনা

## ( S )

লৈ। অহুগা অতেনবা play দদি চাংচৎ অমদা তাক্কশিং অহু তেনশিনগনি।

Elizabethan drama শিংদি act মঙাগী ওই। Act থুদিংগী সিন কয়ামুক য়াওই। Stage সু ইচম চমই।

Sycophant — পুকচেল পিন্না চিরোন তৌবা মী।

## ( T )

Tailed Sonnet — ইচম চম্বা Sonnet তা অপাবশিংদা হেন্না পুক্লিং চংনবা পরেং থরা হাপচিন্নি। মসি খোন্নদোক্না English Sonnet শিংদা চংনবদি ওইদে। মসি মখোং, মখোং মঙা অনি (two pentameters), মখোং অহুম ( a tremeter ) অমম্বুং মখোং মঙা, অনিগী ছন্দাগী শৈরেংদি efffgg। মসি Italian poetryদনা হেন্না চংলৈ। Hopkins না মসিগী নমুনা অসি তোন্ননা শিজিন্নৈ। English কবি Milton's "On the New

( T )

Forces of Conscience under the long Parliament' থোয়দোক্লা মমিং চংলি।

Theatre — লীলা শঙ; নাট্য শালা; সিনেমা।

Theatre goer — লীলা য়েংগনবা মী।

Theatre dimension — নাকল অছুম্বা কায়বা লীলা থবক। মরাক-ময়ুং অমসুং অরাংবা ( অথাবা ) লৈবা Stage বু খঙনৈ।

সাহিত্যগী কোন্দা হায়রগা নাটক অমসুং সিনেমা অসি three dimension নি। মরমদি মসি play তৌরকপা কাওবদা পোৎচং অহুম চংই। ১) Literature (script), ২) Gesture and movement (arts) অমসুং ৩) talk or dialogue অসিনচিংবনি।

Theme — লীলা, ড্রামা (নাটক) সিনেমা, য়ারেং, শৈরেং অমসুং মোত্তেলমচিংবগী মুত্তগী ওইবা ( মপুং ওইবা ) ঙীচেলদু theme হায়না খঙনৈ।

## ( ক )

Threnody — ভেংথা ঈশৈ।

Three Unities — Unity মখল অহুমনি। ১) Unity of place, ২) Unity of time অমসুং ৩) Unity of Action অসিনচিংবনি। হৌজিক হৌজিক হেন্না মরু ওইনা নৈনরিবদি মখোই অসি Unity of action অসিনি।

Tregi Comedy — অরা-নুংঙাই অনি পুন্না য়াম্নবা লীলা, সিনেমা অমসুং নোভেল অসিনচিংবা। Plotতি tragedyনি। মসি লীলা লোয়শল্ল-কপদা হরাও-নুংঙাইনা কাগীগা লোয়শনগনি। খুদম ঃ– "Philaster or Love Lies A Bleeding"।

Tregic Hero — অরাবা সিন্না পোলোয় ওইবা নাটক, সিনেমা অমসুং নোভেলশিং।

Treatment (ট্রিটমেন্ট) — শাজৎ মতা, থবক মতৌগী লমদা নৈনবা ( mode of dealing with a person or thing )। Treatment of Character গী মতুং ইন্না commentation মখল য়াম্মী।

## ( T )

**Triad** (ট্রাইম্যাড) — তরেংশুবা শদাব্দী মতমগী অতুরাইদা অরাই-অথুম তোনবা ঈশৈনি। ছন্দাদি অহুম অহুম্না খুজিং ওই। মসিগী ছন্দদা Tribe of Ben, Ben Jonson অকাওবা কবিশিংনি।

**Triplet** — শৈরেং অমদা মখাগী ছন্দা অস্নুমনা য়াওবা মথলনি। মগা, তরুক অমম্নুং তরেংশুবা পরেংশিংদা থংনা থংননা য়াওবা ছন্দাশিংবু Swinburne কবিনা ইবদা উবা ফংই।

খুদম ঃ—

Here where the world is quiet

... ... ... ... ... ... ... ..

A sleep world of streams.

**Tripody or Tremeter Or Tripplemeter** — পরেং অমমমদা মাত্রা নম্রগা ছন্দা অহুম অহুম য়াওবা শৈরেংনি। মসিবু মখোং অহুম পানবা ছন্দাগী শৈরেং হায়নস্থ খঙনৈ।

## ( T )

Trilogy — মথং-মনাও নায়না শান্নবা য়াবা লীলাগী শরুক অহুম নত্রগা সাহিত্যগী ওইবা লাইরিক। থুদম :— Shakespeareগী Henry VI, John Dos Passos কী U. S. A. ( 1930-36 ).

Tristich — পরেং অহুম্না শাবা শৈরেংগী Stanza শিং।

Trisyllablic rhyme — য়াহৈ অমদা উচয়ন অহুম অহুম লৈবা শৈরেংগী ছন্দাবু খঙনৈ। মসি করিগুম্বা মতমদা য়াহৈ মতুপশিং ( phrase ) দা শিজিন্নবা য়াওই।

Trite ( ট্রাইট ) — অমনস্থু অমনস্থু শিজিন্নমনহুনা চৎনত্রবা, মমল লৈত্রবা য়াহৈ য়াতা ; ( সাহিত্যগী ওইবা ) ( Cliche )।

Tritagonist — অহুম্বা মতমদা গ্রীকী লীলা কুম্বা মী অহুমথক্না মায়থুম উপহুনা তোঙান তোঙানবা শক্তম লৌহুনা শান্নবা tragedy গী লীলা।

# ( ট )

Trivium ( ত্রিবিয়ম ) — ময়াই ওইবা যুগকী য়ুনির্ভসিটিদা তম্নবা বিষয় অহুম। ১) ব্যাকরন, ২) অলঙ্কার শাস্ত্র, অমসুং ৩) তর্কশাস্ত্র ( লোজিক )। মসি বি. এ. ডিগ্রীবুসু খঙনৈ।

Trochee ( ট্রোকী ) — শৈরেংগী পারেং অমমমদা রাহৈশিংগী খোল্লোকশিং অহু accent অমগা unaccent অমগা থংনা থংননা চৎপবু খঙনৈ। মসি Shakespeare কী Macbeth তা ঊবা ফংই। Double double toiland trouble ... ...

Tropology (ট্রোপোলোজি) — রাহৈবু লৈতেং (অলঙ্কার) ওইনা শিজিন্নবা। mataphor অমসুং Simile শিজিন্নবা হৈবা মরুনি।

Troparia — ইশ্বরবু থাগৎপা শৈরেং (odes)কী Stanza অমা।

Truncate ( ট্রংকেট ) — মতোল ককপা। শৈরেংদা ছন্দাগী উচ্চরনদা পরেং অমগী অহোবা অমসুং অরোয়বদা

( অ )

accent অমসুং unaccent গী খুদম থমম্লা মতমদা accent গী খুদম হায়বদি উচ্চরনা হান্না থম্লা নত্রবদি . মাবু মকোক য়াওদ্রবা শৈরেং ( acephalous verse ) হায়না খঙৈ। অদুগা পরেং অদুগী অরোয়বদা উচ্চরন (accent) অদু য়াউত্রগনা cata-lexis নত্রগা catalective verse হায়বদি শৈরেংগী পরেং অমগী মমৈদা মখোঙ তেকপা হায়বদি মমৈগী অক্ষর্ রাংপা হায়না খঙৈ।

খুদম :— Swinburneকী শৈরেং Nephe-lidia গী উচ্চরনশিং —

life/is the lust/of a lamp/

for/the light/that is dark

till the down/of the day/

that we die অসিনচিংবনি।

## ( U )

Three Unities — মহৌশানা মতিং লৈবা ড্রামা অমদা (neo classic drama) নিয়মগী মতুংইন্না Unity মথন্ত অহুম লৈগনি। ১) the unity of action, ২) the unity of time অমসুং ৩) the unity of place নি। মসি tragedy play দনা হেন্না মরু ওই।

১) Unity of Action — Aristotleগী মত মতুং ইন্নদি unity of action অসি য়াম্না মরু ওই। Tragedy play অমদা Sub-plot শিংবু incident কযামুক্না imitation of action ওইনা play অদু হৌবদগী লোয়রবা ফাওবা লাকই। মরম অদুনা Imitation of Action অমা হেক শোয়খিবদা play অদুগী plot অদু লান্না চৎনিংঙাইনি। মরম অদুনা Unity of Action অসিবু Aristotle না অকনবা শাফু পিরম্মী।

২) Unity of Time — মমৈথংদা Aristotle না অতৈ unity of time অমসুং

# ( U )

unity of place পুস্থ poetic imitation দা চংদবা য়াক্সবা মচাক অমনি হায়না মত পিহ্না critic শিংগা য়ানরকখি। তশেংবমক অফবা tragedy play অমা হায়বসি অকক্লবা মতম অমগী মন্নুংদা ( within a circuit of the sun ) নিয়ম অমগী মখাদা শায়গদবা ওই।

৩) Unity of place — Critic কয়ানা নৈনরকপদগী মমৈদা unity of place অসি অফবা tragedy play অমদা ভঙায়ফদে হায়বা খঙনরকখি। মরমদি মফম অমখক্তদা (scene অমতদা) হোংবা নায়দনা শায়বনা মতম অমতদা তোঙান তোঙানবা মফমদি থোকপা থৌদোক উৎকে হায়রবদি য়াদবনা unity of place ঙাকপা ভঙায়ফদবা লৈ খঙনরকখি। মরম অহনা তোঙান তোঙানবা মফমগী action উৎকদবনা তোঙান তোঙায়া মফম চঙদবা য়াদে। মহু নত্রবদি ভাবোক্তা ভাব

( U )

তাবা ওমলোয়। মতম অমদা Symbolic অমশুং objective ওইবা মওংদা play উৎনবা হোৎনরম্মী। মরমদি মতম অতুগী মীশিংছ থোয়দোক্লা শিংলমদে। মরম অতুনা abstract ওইবা ( অরাংবা রাখলগী ওইবা রাইছ, খবকশিং ) play শিং য়েংবা তৈরমদে। মরমদি মখোযদা রায় চিনবা, অফা-অপুনবা অমা ওইনা থোকলম্মী। মবম অসিনা Aristotle না Unity of place অসি চংদবা য়াদবা অমনি খনখি।

Unravelling or Complication and Denouement — Plot কী তাঙ্কক অনি থোক্লা খায়বা য়াই। ১) Complication অমসুং ২) Unravelling or Denouement নি। Complication হায়বসি plot অমা শাগৎপা হৌবদগীনা অফবা ওইববস্থ ফত্তবা ওইববস্থ action ( crisis ) থোকলিবা অন্থ ফাওবদং থওনৈ। Unravelling or Denouement হায়বসিনা Part of action ( crisis ) তগীনা

## ( U )

play অদু হেক্ লোয়বা ফাওবদা ওইরিবা ক্লিভম ( turning point ) অদু ফাওবনি। অসুম্না action ময়াম পুনশিল্লগা মপুং ফাবা play অমা শাগংলি।

## ( V )

Vesicle — লাইথুরুম্বদা মী অমনা ঈশৈ হল্লগা ময়াম্না খুম্বা।

Verset — ঈশৈ লীলা মত্রগা নাটক হৌজিইঙেদা ওর্গ্যানগী শৈহৌ মতেক অমা উথোকপা।

Visual imagimation — পুক্লিংগী মিৎনা উরগা নত্রগা মীৎনা উরগা শাজনবা নত্রগা লাকশিললবা পুম্বা।

## ( W )

Witty — হৈ-শিংবা, রাঙাং-রাঙা হৈবা।

Workshop — ময়াম চাউখৎ থোবাংগী লমদা থল্লবা অমদি অখঙ-অহৈশিংনা ঙাংলগা তামিল্লবা অমসুং অখঙ-অখঙবা তাকনবা ( interaction of knowledge )।

# Criticismগী শরুক খরা

অভনবা মতমগী তোঙান তোঙানবা critic শিংগী মত মতুং ইন্না criticism মখল অহুম, 1) Legislative Criticism, 2) Theoritical Criticism and 3) Descriptive Criticism নচিংবা মমাংগী part - I দা নৈনল্লে। মসিগী মতুংদা তোঙান তোঙানবা critic শিংনা অতোপ্পা criticism শিং কুপ্পা থিজন্দুনা পুথোকনরকখি। মখলশিং অছুদি —

## 1. Judicial Criticism —

Judicial Criticism কহিনো হায়বদি সাহিত্যগী ওইবা মীশক, পোশক–নায়দবা থবকশিংবু চংনবীগী নিয়ম খরনা গুন-দোষ পুথোক্নুনা অলোচনা ( বিচার ) তৌবনি। মসি Greek অমসুং Latin শোন্দগী হৌরকপনি। মসিগী নিয়মদি সংসারগী ওইবা চংনবীনি। নিয়ম অসি ঙাক্না চংলবদি শৈরেংশিং অমসুং সাহিত্যগী থবকশিংগী মগুন হেনগংলি। মসিমক মীওইবগী রাখল অমসুং পুক্নিংদা লৈবা অছুগা অইবা অকরবা নিযম অমা ওইনদি লৈতবা পোংশক অমনি। অহুম ওইনমক সংসারগী চংনবীগী ওইবা নিয়ম অসিনা মকম অমদি চাউনা কন্দুনা লৈ।

Judicial Criticism গী মিতিকশিংবু ( exponents ) কচি শরণী মিং পনবা তারবদি Edinburgh Review গী Jeffrey অমসুং Dr. Johnson পনবা য়াই। George Watson না মসু চুংইনা হায়বা খাঙনবদি চিংথিবা মীওইবং খুন্থোকখিবা মকুক্বা লাইবগী নিয়ম থম্মকলি।

2. Inductive Criticism :—

Inductive criticism তি সাহিত্য থবকশিংবু গুন-দোষ নৈনবগী বিচারগী নিয়ম পুথোকপবু হায়নিংদে। মরমদি মসিগী নিয়ম অসিদি মী মীওইগী মগুণগী থবক্কী থেংনবা ঞানগী ( expereince ) ফংলকপা ওইরম খোক্লপা নিয়ম অদুনা ওইগদবনি হায়বনি, মরম অদুনা মতম মতমগী ঙাউখ্রংলকপগী মতুং ইন্না criticism গী নিয়মশু অহোংবা লৈগনি। মতু মমাংৈঙগী নিয়মশিংনা ( ancient rules ) মক্কবা ওইনা পুন্দুনা থম্বা তারবদি বিজ্ঞানীক ওইবা খেন্না কুপশিন্না নিয়মশিং পুথোক্কপদা অকায়বা পি হায়বসিনি। মসিগী মতাংদা Moulton না অসুম্না হায়, 'The Inductive critics review the phenomena of literature as they actually stand, inquiring into and endeavouring to systematize the laws and Principles

by which they are moulded and produce their effects and recognize no court of apeal to the literary words themselves". মসিনা ভাকশকি Inductive critic অমনা মতম পুম্বদা মনো বিজ্ঞানীক ওইবা মওংদা কুপ্না থিজনবা লেপলোয়দবমি তাকই। মসিগী অহৌবা অরোয়বা নায়দে হায়বনি। মসিদা critic অমনা অমবুম্ থুক্তম চননিঙাই ওইদে।

3. Evaluative Criticism :—

Evaluative criticism অসি সাহিত্যগী ওইবা থবক বিদ্যাবু ( literary works ) কুপ্না নৈনহুনা গুন-দোষ পুখোকপবু থঙনৈ। মসিনা মক ওইনা শাফু পিহুনা নৈনবা লম থরা পনবা তারবদি aesthetic, moral, অমস্তুং purely personal অসিনচিংবনি। মসিগী হৌসাব ( valuation ) তৌবদা চংদবা য়াদবা মচাক থয়াদি মথাগীশিং অসিনি, rhythm and movement, thought and emotion, imagery and suggestion, words and meaning শিং অমস্তুং philosophy and out look on life অসিনচিংবনি হায়বা য়াই।

## 4. Histocal Criticism :—

Historical criticism[1] অসি 'সাহিত্যগী ওইবা পোৎ (liferary work) অহু করম্না অইবগী রাখলদা 'কাওরকথি হায়বসিনি। মরমদি অইবগী রাখল অসি মাগী চহি মতাংগা রাম্না নক্কৈ অমস্তুং চহিনা অকনবা শাকু পিং হায়বসিনি। মসিনা হেন্না মরু ওইনা উৎশিবদি অইবগী ওইরকলিবা রাখলগী পোৎথোক পুম্না মতমগী শাদোংদনি। মসি মশানা মতোমতা ওইজরকপা নক্কে হায়বসিনি। মরম অহনা literary artist শিংগী থবক থুদিং (work of art) historical object হায়বদা থোকনা লাক্লে। মরম অহনা মশিংগী মতম অমস্তুং works of art শিং অসি নৈনরগা historical value লেপ্পী। J. T. Shipley না রাহৈদা অস্তুম হায়,

"Historical criticism may set s work in its place, may restore its first true colours, so that we see its value more olearly. Enabling us to see a poem or play in its original state is perhaps as demonstrably valuable a critical service certainly as dispasionate a sirvice can be rendered", · Historical criticismদা শাকু পিহনা নৈনবা থরাগী শিং পনবা তারবদি Dr. Johnson,

পুরকইনচিংবা কুপ্পা নৈনগনি। মতম্ং অসিদা মমিং লৈরবা textual critic M.H. Abrams না হায়রম্মা, 'It's aim to establish as closely as possible what an author actually wrote, by assoying and correcting the sources of error and confusion in the various printing of a work". মরম অসিনা লম অমদা কুপ্পা খঙবা হায়বসিমক (Textual Criticism গী তত্তায় কদম্মা অহানবদা চঙবা গুন অমনি। R, W. M.C. kerraw, R.W. Chapman, W.W. Greg, Dover wilson অমসুং A.W. Pollard চিংথবা য়াত্রবা মতম অমগী Textual critic শিংনি।

7. Biographical Criticism :—

মসিগী criticism মথল অসি অইবা মীশক অহুগী পুক্লিংগী ইহুল (writers mind and feeling) অমসুং থবায়গী (spiritual গী) লমদা কুপ্পা নৈনহুনা অইবগী মমল লেপকনি। মসিদা মহাক্কী থবক্কা থোযদোক্না মরি লৈনদে। অহুম ওইনমক অইবগা (creator), চহি মত্তাংগা অমসুং থবকদি নকনা লৈগদবা পোৎ অমদি ওই। তৌইগুম্বসুং মশক মমিং খঙদ্রবা অহুগা মাগী সাহিত্যদি থবক ওইনা লৈহোবা অহুগুম্বা মীশকশিংদি

মখোয়গী কন্না ইশিনহৌবা (properly recored) লৈহৌদবনা মখোয়গী biographical criticism দা অশুং-ঙুঙমা মৈনবদা খুদোং চাদবা লৈ। মতাং অসিগা মরি লৈনবা অক্ষাওবা critic Helen Gardner না হায়, "The writer's personal history like the presure of the age in which he lived is a contex which can help us to focus on the work it is". অশুম্বা মতমগী অক্ষাওবা biographical critic থবগী মিং পনবা ঙাবদি Dryden, Dr. Johnson অমসুং Saint Beuve নচিংখিনি।

8. Psychological Criticism :—

মসিগী criticism মখল অসিনা মৈনরিবদি মতৌ কবগা কবি অমনা ম্যাগী রাবেং নত্রগা শৈরেং ইপে থন্নকপদগীনা ইবা লোয়বা ফাওবদা চথরকইবা রাথলগী ঈচেল, পুক্কিংগী ইহুল অমসুং অপাবশিংদা করি থলহনবা (readers controling) অসিনি। মতাং অসিদা critic না সাহিত্যগী ওইব' অইবা পরা অত্থুদা (a piece of writing) মুমফম ওইরগা অইবনা ইরিৱৈদা থনখিবা, থন্নকপা, পুক্কিংগী ইহুলশিং অমসুং মরি লৈনবা থবকশিংবু থিজন্দুনা অইবগী পুক্কি অমসুং থবকী কজবহ্ন মথক

তাকৈপনি। মখোং অসিদা Hamlet কী radical relativism অদু পনবা যাই। "there is nothing good or bad, but thinking makes it so". Psychological critic শিংনা traditional অমসুং rational method of interpretation দু 'one meaning fallacy' নি হায়না য়েংনবা শক্না লৈ। Psychologal critic শিংগী মিং পনবা ভারবদি Edmund Wilson, Wilson Knight, I. A. Richards অসিনচিংবনি।

9. Marxis Criticism :—

Marxist Criticism অসি Socialism-realism" কা মরক ওইরগা হৌথিক মতমগী Russia, English অমসুং America মচিংবগী অইবশিংদা নিয়ম অমগী মথাক্তা তম্মীবগী মওংনি। মসিনা শাফু পিবিবদি অপাবশিং ( readers ) দু Party অমগী খোনাদা, নিয়মগী মখাদা অচুমবদু তরং তরংনা উত্না ভাব তাহন্দুনা অফবা অওনবা অমা পুরকপনি। Lenin না হায়খিবা লৈ, 'Literature must become a component Socialist, Party Work" তশেংবমক Marxist Criticism অপাবশিংগী ( readers ) অশেংবা

পুন্সী অমা তমৰ্জনবগী ফিদমনিঙাব ওইবা মথলগী শাফু অমনি। F.O. Matthiessen, George Lukacs অমসুং Christopher Caudwell নচিংবা অফাওবা Criticism শিংনি।

10. Sociogical Criticism :

মসিগী criticism মথল অসি Social inyiroment শিংগী থবকশিংবু বিদ্যা ( art ) অমগী মায়কৈদা কুপ্পা নৈনবনি। মসিদা মরু ওইনা নৈনবদি সাহিত্যগা সমাজগা লৈনরিবা মরিনি। সমাজবু নত্রগা সাহিত্যবু কয়াগুম্বা অমতগী থুবামমুংদা ফাজন্দুনা থম্বা য়াদে। সাহিত্য অমসুং সমাজদি মনিং তমগদবনি অমসুং চাউথৎকদবনি। লোয়ন লোয়ননা অফবা critic খল্লোকপা লৈতে অমসুং অনৌবা সাহিত্যকাব থোরকপগী ভরথৈব্নু লৈতে। Critic খরাগী কমেন্টনা অয়োয়বা লৈতে তাকই। সাহিত্যকার হায়বসিনা মতম অমসুং সমাজগী ফিভম শেয়ফম থোকই। মরু ওইনা সাহিত্য অসি সমাজগী চংদবা য়াদবা পোৎচভ অমনি। মভাং অসিদা weber scott না হায়খিব, লৈ "Sociological criticism starts with a conviction that art's relations to society are vitally important, and that the investigation of these relationships may organize and depen one's aesthetic

response to a work of art. Art is not created in a vacum ; it is the work not simply of a person, but of an author fixed in time and space, answering to be Community of which he is an important because articulate part. The socialogical critic, therefore, is interested in understanding the social 'Milieu' and the extent to which and the manner in which the artist respons to it".

11. Impressionistic Criticsm :—

মসি মীয়ামগী নত্রগা অপাবগী পুক্রিং চিংশিন্নবা লাইরিক লেঙবা নত্রগা লাইয়েকপবু খঙনৈ ? মসিনা মরু ওইনা তৌরিবদি অইবগী হৈশিংনা লোন, রাহৈ অমসুং মশাগী জ্ঞান ( experience ) শিজিন্নহনা অপাবা ( reader ) বু পুকনিং চিংশিহনা empression পিবনি। Anatole France না হায়, "The adventures of a soul among masterpieces", অকাওবা impressionistic criticism গী critic খরাগী মিংদি Osear Wide, Virginia Woolf, George Moore অমসুং Arthur Symons নচিংবনি।

## 12. Archetypal Criticism :—

মসিগী criticism মথল অসি the totemic, Mythological or Ritualistic Criticism হায়নসু খঙনৈ। মসি থাম্না অঙনবা মতমদা য়াম্না পাম্না চংমরম্বী। মসিগী হৌরকফম অমি অই। অমনা J. G. Frazer's কী The Golden Bough তা য়ুমফম ওইবা Cambridge University দা মীওইবশী মরমদা নৈনবা হৌরমনি। অতোপ্পা অমনা মমাংগী ইতাম কাম্না লৈরমবা পোংকী image, racial memory অমসুং চাউথংত্রিবৈঙেদা জোতিগী ওইবা পোং থম্ফম ওইনা শিজিন্নরম্বগী মরমদা নৈনবা C. G. Jung না তোয়না সিজিন্নরমবা মথল অমনি। হৌজিক্কি মসিগী criticism মথল অসি 1934 দা য়াম্না পাকচাউবা অর্থাদা শিজিন্নরকলে। মকওইনা সাহিত্যদা, শৈরেং, রাগেং, narrative অমসুং myths, dreams লোয়নননা ধর্মগী ওইবা সমাজগী তৌমবীনচিংবনি। মসিবু myth Criticism গসু য়াম্না নকনৈ হায়না তৌনৈ। Archetypal criticism গী পনবা য়াবা critic খরগী Maud Bodkin, G. Wilson Kinght, Robert Graves, Richard Chase, Joseph Campbell অমসুং Philip Wheet-right নচিংবনি। অমরামদা myth criticism গী পনবা য়াবা critic শিংদি C. G. Jung, James Frazer অমসুং Miss Jessic Westonনচিংবনি।




—O—



## Other Millennium Publications

☆ 1. A Dictionary of Politics

☆ 2. A Guide-line of Journalism

☆ 3. A Dictionary of Anglo Manipuri Literary Terms I & II

☆ 4. Little Little Lovely English Poems

☆ 5. ডা: রুহিয়াগী রোয়েল জেলী ।

☆ 6. লৈমন চনখ্রনি ঙসিদগী
লৈহীসু হ্ ওনগ্রনিদো (শৈরেং) ।

☆ 7. লৈচল (মসি থবক্কী মমিনি হৌখিবা) শৈরেং, নাটক ।

☆ 8. হে, অমুবা ফজবা লৈ ! (রেডিও নাটক) ।

**Rs. 40/-**